অফোংবা :—

# মৈতৈময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েসন

উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফাল, মণিপুর।

রেজিঃ নম্বর ২১৮/৬৩



[illegible]বা খুৎনম—১১০০ কপি।

[illegible]।১।১৯৮২ ইং

This book has been printed on the paper supplied through the Govt. of Manipur at concessional rate.

ডাইরেক্টর অফ ইডুকেশন গভর্ণমেণ্ট অফ মণিপুরগী মতেংগা লোইননা নম্বা।

---

নম্ফম :— লুকমনি প্রেস উরিপোক, ইম্ফাল।

# হিরম—লামাই

# হিরম—লামাই

# থাগৎ খোঁহৈ

শ্রীযুক্ত খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ ঐগী ইচা অসিনা পুয়া ময়ামদগী লৌথোক্নুনা ইবিবা "লাই হরাউবা লাইসোল" হায়না কৌবা লাইবিক অসি খুৎই ওইনা পাজরে। মসিনা চীং অমদি তমগী উমং লাইগী থোগলদা অমদি ইনাৎকী ওইবা থৌরম বয়াদা হাইনিংঙাই লৈতনা কান্নবা পীগনি।

অইবা অসিনা মতুংদস্থু অসিগুম্বা মথলগী লাইরিক কয়া ইবিকখিনি নিই। ইমা লৈপাক্কী সেবাদা খোইজংবা লেখক অসিগী থবক থৌরম বযাদা খোয়যুম লাইনা তেংবাংবিবা ওইসনু। লোইনন লেখকপু খোযযুম মানা পুন্সি নুংসাংবা পীবিবা ওইসনু।

থোনাওরেম অমুয়াইমা সিং "ফেলো"
পণ্ডিত অচৌবা স্নাকোন্নুং ইম্ফাল
তাং ৪। ১০। ৮১ ইং

# থাগৎ ৱাহৈ

ঐগী ইনাউ পণ্ডিত চন্দ্রশেখরনা হন্দক ইথোকলক্লিবা লাইরিক অসি ঐনা ওন্থোক্লা নুংঙাইজৈ। মবমদি লাইগী থোৌরমদা থাদোকপা য়াদ্রবা মরূ ওয়বা হিরম ঙাক্তনি। মৈতৈ লৈপাক্কি লাইফম লৈরিবা চীঙ-তম খাক্তনা লাইফম খুদিংমক্তা চন্নবা লাইরোল ঙাক্তনি। মসিবু খোমজিন্দুনা অরিব লাইবিকসিংদগী লাইবিক অমা ওয়না পুথোক্লবা হোৎজরিবসি ঐনা হৌবদগী লোইবা ফাউবা পাহুনা য়েংবদা মতুংদা অসিগুম্বা হোৎনবা অমসুং থিজিন্ন কনবগি থোৌরম অসিনা অসিদগী হেনবা লাইরিক কয়াসু থোক্লকখিগনি হাযনা নুংঙাইবা ফোংদোকলি। অসিগুম্বা লাইরিকপু পুথোক্লগা হোৎনজরিবসিদা পোয়রৈ উমংলাই ৩৬৪না ইনাউ পণ্ডিতপু থোজান লনকুবিববু ঐনা নোল্লক্লা নিজরি।

(চীঙঙু ঙাংলোথাদা)

পণ্ডিত ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ
"মাইচৌ" "গবেষনাভুষন"
তাং ৩। ১০। ৮১ ইং

# থাগৎ বাহৈ

শ্রীযুক্ত খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহগী লাইরিক অসি পাদুনা য়েংলে। লাইসোল, তিনসোম্নচিংবা মৈতৈগী মাংদনবা হোৎনদুনা পুথোকলিবা অসি থাগৎনিংঙাইনি।

ঐখোয়গী অরিবা ইনাৎ অরুবা অসিবু থিদুনা মতম সাংনা, উইন কন্না লৈবাক্কীদমক লাইগী থৌগলগীদমক থবাই য়াওনা হোৎ-নজরিবা অসি য়াম্না মমল য়াম্লবনি। ঐনা শ্রীচন্দ্রশেখর সিংহগী থবকপু থাগৎলি।

শ্রীখুমন্লম্বম য়াইমা সিংহ "ফেলো"
"গবেষনা ভুষন" পণ্ডিত অচৌবা
স্নানা কোনুং ইম্ফাল
তাং ১২।১১।১৯৮১ ইং

# বামাং য়ানবা বাহৈ খরদং

ঐনা সমাজদা লাম্তোকচরিবা অনৌবা ঐগী খুদোল অসি হৌজিক হৌজিমক মনিপুর (চীং-তম,গী অয়াম্বা মফমদা লাই হরাউ-বদা য়াম্না কন্না সিজিন্নরিবা (চংনরিবা) লাইসোন্নি। লাইসোল খরা অমদি ইনাংকী ওইবা ইরাং থৌনিসি দা সিজিন্নবস্তু য়াওবি। অচুম ওইনমক ঐনা লাইরিক অসিগী মমিং "লাই হরাউবা লাইসোল' হায়না থোঞ্জরি। হিরম অসিদা তোপ্পা ইবা লাইরিক অমা ফাউবা লৈত্রি। লাইরিক অসি ইবদা অরিবা পূয়াসিং অমস্তুং পণ্ডিতসিংগী মতেং লৌজৈ। ঐনা ওল মনিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটিগী সেক্রেটরী অমা ওইনা সমাজগী সেবা তৌজবকপা অমদি লাই হরাউবদা খরদং থিজিঞ্জরুবা মরম্না লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। ঐনা থিজিঞ্জরুবা অচুগী মনুংদগী পিরুবা সরূক অমত্তং লৌখৎচদুনা লাইবিক অসি থোরুবা থৌরাং তৌজবনি।

মনিপুরগী অসেংবা অচুম্বা ইতিহাস অমা থম্বা মতমদা লাই-রোলসিং অসিগী মতেং লৌবা য়াপদ্রা হায়না খঞ্জদুনা হোংনজবনি। লাই হরাউবা হায়বা ইনাংকী ওইবা থৌরম আসদগী মরু ওইরবা পয়া কয়ামরুম থোকখি অমস্তুং মসিগা তৎন থান য়াদ্রবা মরি কয়ামরুমস্তু লৈনৈ। খুদম ওইনা খরদং পঞ্জবা তারবদা করি করম তৌনা মনিপুরগী লমসিং অসিগী মমিং থোনখ্রিবনো? হিরমসিদা খন্ন নৈনবা তারবদি লম্মিংলোন খংদবা ইয়ামক ময়াদ্রবনি। মৈত্র-বাক্তা হৌরিবা লৈসিং অসিগী মমিং করি করম তৌনা থোনখিবগে? মসিদা নৈনবা তারবস্তু লৈরোল খংদবা য়াদে। লম্মিংলোন অমদি

লৈবোনগী হৌরকফম মক্ক থিবা তাকপদি লাই হরাউবদা তাই হায়বদি লাই হরাউবদা থিবা তাই। ইরাৎ থৌনিবোল, তুং দা যোকলক্লদবা রাবোলনচিংবা কয়া অমসু হবাউবদা য়াওবি। মসিদা সাহিত্য; সংস্কৃতি, দর্শন, মনোবিজ্ঞান, মুকঅভিনয় (বেলে), নাট্য, সঙ্গীত, কলাবিদ্যা, পাউবো, মৃদঙ্গারাবীনাচংবা হিবম কয়া মসিদগী থোক-খিবনি।

মৈতৈ জাতিগীদমক্তদি লাই হবাউবা বেদ শাস্ত্রনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। পৃথিবী পুম্বনা মৈতৈবু সর্ব খুনিংসি মৈতৈ জগোইগী মপান্নবনি। মৈতৈগী জগোইগী হৌবকফম মক্কদ লাই হবাউবনি। মসি খংলবা মহাবোলসি না অমদি মৈতৈ মচানসিংনা লাই হরাউবদা মতম মাংনা খবচ তৌনা থরায় হকচাং য়াওনা পাং-থোক্লবা হোৎনাবনি। ওজাসিংগী মতেংনা ঐনা-খংজবা খবদংনা লৈবাক অসিগী সেবা মতেক অমং তৌজবা য়াগদ্রা হায়না সন্দেহ লাক্লোকচবি। অসোয় অভাম পুন্নমক তাকপিবক্লবদি হবাইনা মথ গী খুৎনদা চুমথোকচগনি।

ল ইংব অসি নত্তদা শিক্ষা বিভাগনা লুপা ৭০০ | - নাং পাংবিবকই। শিক্ষা বিভাগনা অসোয় বা নমলদা লাইহারাওবা নম্নাবা চে পীবিবকই মতুগী দমক্তা শিক্ষা বিভাগবী লমন তৌজবে। লাইবিক অসিগী মবনদা অসোয় অভাম কয়া যেংসিনবিদুনা পণ্ডিত অহুন্না মখোযগী মও পীবিবকপগী দমক্তসু পণ্ডিতসিংগী সিংছৎবা লমন তৌজবে। লাইবিক অসিনা সমাজদা খরদং কান্নবা ফংলগদি নোমজননগী মহৈ য়াম্লে।

—অইবা—

# অরানবা চূমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩। | ৩। | চোংবাইহৈ | তোংবাইহৈ |
| ৪। | ৩। | খোংনাংমনিরোংবা | খোংনাংমানিরোংবা |
| ৪। | ১০। | সমদাইমদা | মদাইমাদা |
| ৬। | ৬। | "পিখৎসিং হুয়েন" | "পিখৎসিং ভামা মুবীনা পিখৎখি পিখৎসিং হুয়েন" |
| ৯। | ১২। | লাইরৈরাগানে | লাইরৈরাগানো |
| ৯। | ২১। | পান্নবে | পান্নরে |
| ১১। | ১২। | লিবেন | লিবেন |
| ১১। | ১৮। | ৱাং উমং | ৱামং উমং |
| ১৩। | ১৪। | থিনোং | থিংনোং |
| ১৭। | ১১। | পোক | লোক |
| ১৮। | ৩। | চামিরোইবু | চামিরোইবু লোইয়াবিবু |
| ২০। | ১৯। | সিজং | সিংজং |
| ২১। | ৯। | থোনবা | থোমবা |
| ২১। | ১২। | নবু | নংবু |
| ২২। | ৬/৭। | "সেম্বা তরামক সেম্বা তরামক" | "চিংদা সেম্বা তরানক তমদা সেম্বা তরামক" |
| ২৩। | ১৩। | চৈকাইপোক | চেগাইপোক |
| ২৬। | ৬। | সোইতোল | মোইতোল |
| ২৭। | ৫। | খোয়য়ুম হোংনেম্বা | খোয়য়ুম থৌবু হোংনেম্বা |
| ২৯। | ১। | নফাসাং | নফালসাং |
| ৩৫। | ৯। | তারেং | তারেং |
| ৩৫। | ১০। | মানারোই | মানারোইনা |
| ৩৬। | ১০। | মৈদিংঙ | মৈদিংঙু |
| ৪০। | ১১। | থবু | থবুং |

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪০। | ১৪। | মতাই | নতাই |
| ৪৪। | ৪। | খজিং | খচিং |
| ৪৫। | ৬। | লোননা | লাননা |
| ৫৩। | ৮। | থেলে | থেংলে |
| ৫৭। | ১২। | সেংনমত্তবু | সেংনমক্তবু |
| ৫৮। | ৮। | সোলোই | সেলোই |
| ৫৯। | ৫। | লৈরাৎগুম্না | লৈরাংগুম্না |
| ৬১। | ১৭। | চংলুরগা | চৎলুবগা |
| ৬৩। | ১২। | য়ানগনি | য়ানগনু |
| ৬৪। | ১২। | কুওক | কুত্তক |
| ৬৪। | ২০। | নিত্তচীং | নিক্তচীং |
| ৬৭। | ১৫। | অহুম্মত্তগী | অহুমক্তগী |
| ৬৮। | ৬। | পাউৰোনবিয়ু | পাউৰোক্লবিয়ু |
| ৭১। | ১১। | ৰানেলপা | ৰায়েলপা |
| ৭১। | ১৫। | ফিকুপলেল | য়িকুপলেল |
| ৭৬। | ৭। | খোংগাউদনা | খোংগাউননা |
| ৭৬। | ২০। | হয়না | হায়না |
| ৭৯। | ৩। | নোংবাল | নুংবাল |
| ৮০। | ৯। | সেবাতৈনা | সোরাতৈনা |
| ৮১। | ২১। | কাইতোইনচন | কাইতোইচন |
| ৮৪। | হেডিং | থৰাই ম কোনবা | থৰাহ মি কোনবা |
| ৮৭। | ১৮। | থোমজিন্দুনা | থোমজিন্দুনা |
| ৮৭। | ২০। | পথম | পুখম |

# লাই হরাউবা বাইসোল

## কোম্থারোল

১। কংলৈ ঃ—ইম্ফাল মখৈবু কংলৈ কৌই। হৌ লো কংলৈবূ লম্মহল্লো হায়গনি।

২। লাংলোই ঃ—নি ঙোম্বম হিয়াংথাংদগী হৈয়েল, কৈরক ৱাবগাই অসি মখৈবু লাংলোই কৌই। হৌ লো লাংলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৩। লনলোই ঃ—চঙাংগৈদগী নম্বোল, লৈত্রাম, মোই-দাংপোক, পাংশোই, তাউবুংখোক, লমশাং অসি মখৈবু লনলোই কৌই। হৌ লো লনলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৪। থাংৱাই ঃ—মথক্তা হায়খিবা লম অসিগী অৱাং মখৈবু থাংৱাই কৌই। হৌ লো থাংৱাইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৫। খুরোই ঃ—ওইনামদগী, লোকপচীং, লম্মাংদোং ফাওবা লম মখৈনা খুরোই কৌই। হৌ লো খুরোইবূ লম্মহল্লো হায়গনি।

৬। ঙাংঙোই ঃ—নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবাবু ঙাং ঙোই কৌই। হৌ লো ঙাংঙোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৭। কেগে ঃ—মথক্তা হায়রিবা লম অসিগী তুরেল ৱাংমা মখৈদি কেগে হায়গনি। হৌ লো কেগেবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৮। লানলোই ঃ—লিলোংদগী থৌবাল ফাওবনা লান-লোই কৌই। হৌ লো লানলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৯। **থারৈ ঃ**—অরোং, ফৌগাকচাউদগী শুগ্নু ফাওবা থারৈ কৌই। হৌ লো থারৈবু লম্মহলো হায়গনি।

১০। **শেল্লোই ঃ**—ৱাংখৈ ৱাংমদগী সেল্লোই কৌই। হৌ লো সেল্লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

## ঈশিংদা কোনয়াই হুনবা

হৌ লো ইমাদোম্বু ইমাহল্লো, ইমুরোল তরুকমক, ইঙৌরোল মঙামক, ইখাবি ইবাম্বি ইপোক চন্নু, খংঙোই য়াংঙোইবি, তম্পাক ইসূক ইসোই য়াম্বি, নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন তচবানা, চিঙঙু ইবুংঙো (মমিং) খোইয়ুম ইবেম্মাগী, হরাউ সকসেম তমগে থোথোক কুস্মি সান্নগে হায়বগী, লাইজা ইরোনন্নুদা কোবৌ নোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগচন, মালেম লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগাচন, লাইজা ইবোনন্নুদগী চিংঙু নকা ফবিরো, মালেম লৈখাবোল তবেং-মক্তগীস্নু, কোবৌ নোংথৌরোল মাপলমত্তগীস্নু, স্না সঙ্গাই মুংঙাইবদা কারসে হৌ ই ফৌ।

**খংবিগদবা**—মতাং অসিদা খুবাক্তগী স্নাগা লুপাগা অহু ঈশিংদা থাদগনি। মসিবু ঈশিং কোম্থাবোল কৌই।

## লৈকুংদা কোনয়াই হুনবা

৩। (ইম্ফাল (কংলৈ) দা থানব কোন্থাবোলগী অসুবা লাইরোলনি)

হৌ লো কংলৈবু লম্মহল্লো, লমনেম্বু অনি থোকউ, তুনেম্বু অহুম থোকউ, লৈমুরোল তরুকমক লৈহাউবোল লোল মঙামক

লৈখাবী লৈরাম্বী অপোক চনু খংঙোই য়াংঙাইবী, তমপাক লৈসুক লৈয়োইয়াম্বীও ঐবু সিজবা ইবুংঙো নোংথৌরেল অথৌবদি মপা থোই, মপু থোই কবোলাক, ময়াংলাক, মিরাইবেন চোংরাইহৈ মপুনসি মনোংসাংনা পানগে হায়বগী চিংঙুস্না নখোং খাদা কোরৌ নোংলুপা অঙৌবনা লুপা কোনগাচল, মালেম লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগা চঞ্জরিয়ে হৌ ই ফৌ গুরুগী য়াথংনে।

অসুম্না স্না লুপা কোনয়াই থাগনি। মাইবনা কোনয়াই হুনগনি।

## খয়োম লাকপা

### খয়োমগী লাইরোল

হে গুরু ঈরাই লৈমনা য়াইদা লৈ ইখৈ নিংথৌনা খাদা লৈ, ইতোন নিংথৌনা থক্তা লৈ ইবেপপুংদা লেপ্পিয়ু, ইতা পু দা তাবিয়ু য়ারা গুরু সিদবা সনা নফম লাংদা তরা চয়োম খয়োম্ অসি কৎচরিয়ে নদাইরেম্ নখুল খুলবুকলেন্ অচংবনা চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মগী হরাউ সকসেম তম্বগী তরা চয়োম খয়োম কৎচরিয়ে হে গুরু।

অসুম্না খয়োম অনি অহু লাইয়িংথৌগী খয়োম্না খুৎ য়েৎনা, লাইরেম্বীগী খয়োম্না খুৎ ওইনা পায়বগা মাইবনা খয়োমলোল লাইরোল শোন্দুনা ঈশিংদা খয়োম লাক্কনি খয়োম ২ অহু চপ মান্ননা ঈশিংদা থাদগনি। মসিবু খয়োম লাকপা কৌই। মসিবু চংনলোন্দা লৈথক লৈখা খয়োম লাকপা হায়না কৌই। খয়োম মাইবনা লাক্কনি। হৈরবদি মাইবীনা লাকপসু য়াই।

## ইরু লাইসোল

হে গুরু হয়ি কোরৌ মচিয়ি। ৱাংবল মনাউয়ি কাসা লাইনংই, খাকপা পুংরোম্বা পুরাং নাগাবা খোংমাবোক্কী ওন্দেবা, খোংমারোক্কী ওন্না হলৱাইবা খোনাং মনিবোংবা ফেংগাই লৈতুম মুংতুম য়ি মুংমু মুংঙৌযি অৱাং কৌক্রু অসুপ্পা য়াবকতাগী সিনথায়ি অরাম্বম য়িদি ৱাইচংয়ি অসাংবম য়িদি ৱাইকেময়ি নোংথৌ সোবারেন অৱিবা মবিকপি মবিকপা সনগোনবি সনগোনবা ইবেন পিথ্রাই খোংদ্রাইবি আসেম আসা হৈবি নংনা সেম্বিও সাবিও হা য়েং হা উং তিলৈল-ৱাগানো লাইবৈবাগানো।

লাইবোল অসি মাইবনা শোনগনি

## মুমতাই নাকশেং

মা শোক মাংদংমাদা যমমেল সদাইমাদা যাতংদাকোন্দংদা তাকতু ইদাইমা সেনখোং নাবিল মাগি থুনামবা নাংডবা পরৈ হাউনা মাগি নফমসেন্ নখোংগাল নাবলসি চাংসোংফম্ নাউসোংফম মাংগোললাং মনুংলাং নসূমাং নসেনমা বু কাউমা সুমাবো বাবু থাংল লেমলৈ মাদা তাবসুনো। হা উং হা যেং তিলৈলবাগনো লাইরৈৱাগানো।

(লাইবোল অসি মাইবনা শোনগনি)।

## অনম অথৌ

উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ গে যোইগা মেনগা য়াইগা থৌরি থৌজল লা বূ, থৌবি থৌয়ালাংবু, থৌরি থাবা পোংদো তমই,

থাবা মাবু লাননংদে। মুমিং পোংদো তমই, মুমিং মাবু লাননংদে। য়াবা কোখাং সাগি, পোংখো মথং পিজগে, কুমজা পাললো থোগে, নোংজা পাল্লো থোগে, ঙান্নরে তেনরে, নহালনোং কাউরেন মসনচা, তেকপি মরোকচা, কাইরি ময়েনচা, পোং খুকাই সাকাইবানা, ফিজি ফিনা তোননা, হুমলম নমলমবাবু, থোরি থোচন লাংবু, থোরি থাবা পোংদো তমই, থাবা মাবু লাননংদে, মুমিং পোংদো তমই, মুমিং মাবু লাননংদে, য়াবা কুংখাং সাগি, পোংখো মথং পিজগে, কুমজা পাললো থোগে নোংজা পাললো থোগে ঙান্নরে তেনারে।

(লাইরোল অসি মাইবনা সোনগনি)।

## নাহৈরোল

হা উং, হা য়েং, থোবিতেং লোইবিতেং, চকলৈ ঙানদংলৈ, উঙানঙৈ, রাঙানঙৈ, সিনসুঙৈ, সানসুঙৈ, চবোইনা খোংদমঙৈ, য়াম্বিনা খেকতমঙৈ, হুইথোনা চিফেংঙৈ, লংমাইনা মৈহনঙৈ, পুরৈ-রোম্বা অঙক অঙাউ হোরাবাবু, সিকুপ সিকাই হোরাবাবু মমাইবা তম্পাক লৈহো মাইবানা, ভাইরেল লোংমা লোনা, লাইজা খিকফেন চাইরবদা, পুরৈরোম্বা মারোল থোক মরিথোক খুনথন্না লানথন্না খাইরো লাইরো কেন, চুপচি লাইজিকেন, পান্নারে, সেংনারে, তিললৈরাগানো, লাইরৈরাগানো, হা য়েং হা উং।

(লাইরোল অসি মাইবনা শোনগনি)।

## হৈসোই ইপান থাবা

চিংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা চিংঙু নতৈ ননাউগী নকুম্ কুমবীগী কুম্কাউদা নথা থাসিংগী থাকাউদানা থমনা লায়রাপান্ চমু চাঙৌপান তোংলেং লৈসংপানগী লাইবুংথৌ মাপলমক লাইমুরা তরেৎমক সাবোই ৬১ মক্কী হাউমন্ য়েৎওয় কোনফাবা ঙাইরোং সিংমিৎ নম্ফাবা কসান হায়নিংসিংনা সোন-মোন য়ামমে সিজুং মুবিনা পিথৎথি পিথংসিং ছুইয়েন লম্সিং নাইববু ফানাসিং হৈসোই ইপান থাববনে।

## অতাই লাইসোন

হে গুরু নোংথৌবেনবু তাইগে সোবাবেনবু তাইগে পাখংববু তাইগে। পুরাংনাগাবাবু তাইগে মরিকপি মরিকপা সনগোনবি সনগোনবা ইবেন পিথ্রাই খোড্রাইবি তসেম অসা হৈবি নংবু তাইগে রাত্রি সিলহৈবি উত্রে সিলহৈবা নংবু তাইগে। রান্হৈবি রানহৈবা নংবু তাইগে। লৈমা য়োয়বেনবা নিংথৌ চরানবা নংবু তাইগে। ওইথাংও য়েৎথাংও লিরি লিফাংবি নংবু তাইগে। নদাইরেম নখল খলপ্কলেন্ অচংবগি রারেম্ লান্লেম্ খুনচিন লানচিন্ মিচিন মিপাউ ফত্তা হাউদি রানা ঢৌদোং অরোৎ অচৎ অরুম অখং ফুগ্রি ফুরাং একচিন সৌচিন লাইদি নোংলেম থানা পাংববমদা থানা চাউবা রাংব্রেনগী কংলৈ মসুমাংদা পাম্বা কৈরেন অঙৌবী মপি মচানা মথিক মথা ফানা রাইথুংলুরাসুনো তিনমু

ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পম্নমকপ্ৰ পামবা কৈরেন কোলোই মমিং থোন্দুনা কৈথৌরেল চামরিকপা কৌএ। মপী মচানা চানখিসনো অহুদগী অরেম্বানা থোংনাং মোংবি চিংমাঙ্কত্তা হোইথাবিরমউ। অফবা নুংঙাইবা কপয়াংবা তাংয়াংবা লৈপাক মরা তপ্না নিংথৌ পুন্সিবা চাকহোং ঙাহোংবদি হাউরৈ অরাংপাংনা হোইগৎপিরকউ। নদাইরেম নখুল খুনবুকলেন অচ'বদি কুরাউ ফান্না রাৎপা নমু পোংনা হেনবা পৃন্সি চরৈ নুংসাংবা নপাবি সুকতা মমোম সোইদাবাবু মোমহু য়ুম্নম হাংদনা তরেৎ লনথাইবিয়ু। চিংঙুবা য়ারা পুন্সি লনথাইবিরমউ। অরাং কৌক্রু অস্তুপ্পাগী কংলৈ মসুমাংদা য়াংগোই সামু অঙৌবি মপিনা মচাবু শিংনা নাননা কোনসিনবগুম নদাইরেম নখুল খুনবুক-লেন অচংবা অসিবু থরাই নোংবুম অচংবাবু অয়ুক ঙন্না কোনথাবিয়ু হুমিদাং ঙন্না কোসিনবিয়ু হায়না চিংঙু ঙাংলোথাদা পুনেমজরিয়ে।

## লম্মিৎলোন

(খুম্থোকলোন)

খুন্নুংনা, লৈন্নুংনা, খান্নুনা, ঙান্নুনা, নাহানা, নুপিনা, য়াউরাঙৈ ফৃথোংঙৈ, রানথোংঙৈ, ফৌসুঙৈ, ফৌসু ফৌরা থোকঙৈদা, পুললাং লুরোই থোঙ লাইজা য়িপাল রাই, য়িমু ময়োনসৎ, লৈরাই হুইসোনকা, মচেম মনিংতাউ, মোইথাক মোইরেং মতাঙৈ, হৈকোই মসিংসু, লাইয়েক ফিবম ফাঙৈদা, সরোই লানজোই মতিনঙৈগিবৃ, পান্নরে সেংনারে তিললৈরাগানো, লাইরৈরাগনো। পোইরৈনা কংলৈনা উরা লাইজিকনা থোইনাই রোমপুকনা চেং লৈয়াং থাউতৈসু

হাউচেং য়াংনমপুস্থ চেংলৈ উন্নুংতা, হেমচেং খাপৈপুং, লাংজা লৌ পুংকৈ খোমমিতোক উঙামপৈ, চাকরাইবি হাউদলবাই রাইরি রাইতোন, থাংঙা য়ুচেং কৈখু কৈরেন লিংপি রাইজ লিক লিরাখা তাংখম লিরা-পোক্ সোইপি সোইয়াম মতাঙৈ, সরোই লানলোই মতিনঙৈগী পান্নরে সেংনরে, তিললৈরগনো লাইরৈবাগনো। হিসোইনা লান-সোইনা, উতুমঙৈ রাউতুমঙৈ মিনাইঙৈ নাইনাইঙৈ সোইকাই খমগাইঙৈ, ঙাবা ঙাসিং য়াংঙৈ, সোললম পাইরম মচৎঙৈ য়িরিক লমলক মকেঙৈ সাবোই লানলোই মতিনঙৈ, লৈচেন হাউতম পাল, চানেম য়ুনেমপান থোংগাবাই মেনতং লাকপা লেংনা কোংবা চিংনাখু চিংঙারেন সজিক লোননম্ থুমবি লৈহৌ রাখা লৈতেং চিংগোই নারল থোংখোং কারল থোবাল য়িখোংকাই কারোং ঙাইখোং মতাঙৈ, চিনলেন মাইকোইরেম, লারাক খাংমৈথোম রাইরং খোই-নিংমেন, কানক খাংতোম লাকঙদা সবোই লানলোই মতিনঙৈগী পান্নরে, সেংনারে তিললৈরাগানো, লাইরৈবাগনো। খুরাই অঙোবা, য়িমখু য়ুমলেপ্পা চকপা লম্বু কোংখাং লাইজোবা য়াউরৌ কংতাথেল নাবৈঙান ময়াইরম সনকংলন নুংখোং নুংনাউবি, ফুবোই চিংঙা লাংয়ান থোংগ্রাংবি, মাকতং উরাল কৈরাউ পোইরৌ হুম্‌লৌ সিকোং লেংখ লেংলেন্ তাংঙদা, চিংলেন্ মাইকোইরেম লাবাক খাংদৈথোম্ রাইরং খোইনিংমেন কানক খাংতোম্ লাকঙৈদা সাবোই লানলোই মতিনঙৈগীবু পান্নারে সেংনারে তিললৈরাগানো লাইরৈ-রাগানো।

রাংখৈ অপোকপা ফোরায়াং লাইকোইস্থ লৌরেম্বম,

তোংনেম্বমনা পোকপা, পানন য়াংকোকপা সাজেনলম কোংবা হিকু হিপাল খাখোং লাইখোং পারা সিংথি তাকনা লিনচিক মুৎলো ঙাংলো চিংখম চাউপোক কোইচিং কোইমাহৌ কাতোং করাচিং তোকপা য়েন কৈচিং হিতাম চিংখুন্নু হাইহৈবেম সেংকোংপাৎ খুনজান ঙান্নুহাই চেকরা রায়া তাঙৈদা চিংলেন মাইকোইরেম লানাক খাংদেথোম রাইরং খোইনিংমেন, সারোই লানলোই মতিলঙৈগিবু পান্নরে, সেংনারে, তিললৈরাগানো লাইরৈরাগানো। খাংস্থু অতোনবা লানা সিংনাবা নাবম .. ংবেংবা, চিংখোং স্নুমবা কেক্রুপাৎ কাসানকৎলম, মৈদিংঙু উরা কোনথোবা লুরোইচি চিংমৈবোং য়াঙমথেন অসৈ রা বিচিং চিরিক চিংপন হংগেন পৌসিং ইরেং ইখম সিংমৈ উমৈ মখামঙৈ সাবেক্ট ..নলোই মতিনঙৈগী পান্নরে সেংনারে, তিললৈরাগানো লাইরৈরাগানে। উম্নু খুপ্যংগোই থেঙ্গাইনা খুমনচা মাইবা স্নুমপা লামপান খোইকোকপাং লৈমেন চ.গোইপাং, খোইজু লোমোনপাৎ, পিংগ গোঙ লানবিচা তল্লা উয়োককোন নিংথৌ সোইপাইবা উরিংনোন সিংথা নিথোম ববলো তাউথোং লোইজিং লোইয়া তাঙৈদা সাবেক্ট লানলোই মতিনঙৈগি পান্নরে, সেংনাবে, তিললৈবাগানো, লাইরৈবাগনো। লেমলৈ খুমিৎ য়িপা খুদাং য়াইখুবা য়াংলো নহান. ..পোক খোংসাংয়ান, তাকয়েন নোংথিল য়ুচিং লাংচিং পেরে সাবে লাকচম কিয়েৌ মাউরা খোইমোম য়াংলো হৈভুপপোক চুপান মাথা সজিবৌ উংলৌ, কাংঙাপুং চিংবা ফুবা খাবি নম্বোল তাঙৈদা পান্নারে, সেংনারে তিললৈবাগানো লাইরৈবাগনো। খ্বাই খোং মরিন, লাইতোন হেংলোই থুমসা লমপুন রাইনৈ চি ঙা

পিস্নম হৈপোক নারিল তৌরিংবা লনয়াই সারেন য়াংগোই লোক-তাক হাউতাক তাকমাসেন থাংগা কারাং খ্মাইতেক চকপি লৈথোম তাঙৈদা সারোই লানলোই মতিনঙৈগি পান্নারে সেংনারে তিললৈরা-গানো লাইরৈরাগানো। য়াইসাবুল থোংলেন য়াইচমপা মুত্তরা হৈরাংখোই, হৈসানাম নামজৌবা, ককৱা তিনপান লিললোং থারোং তাপুংবা চেগাইকৈ কৈমাইসাং সারোমপন ঙাহৈ ফিফৌ লৌখু অচনবা নোংয়াই লৈকোইপুং উচিৱা খোইদোমপান ককলেন সোই ফৌগাকচাউ পুমলেন হাপসা ইথাই পুনেমচিং স্নকুন্নু ইৱাইতাগি থারৈ লেমলৈ মতাঙৈ সারোই লানলোই মতিনঙৈগি পাননারে সেংনারে তিললৈরগনো লাইরৈরাগানো।

(লাইরোল অসি মাইবনা শোনগনি)।

## অপোকলোন

কংলৈবু লম্মাহল্লো, লমনেম্বু অনি থোকউ, তুনেম্বু অহুম থোকউ, লৈমুরোল তরুকমক লৈহাউবোল মঙামক, লৈখাবি লৈরাম্বি, অপোক চন্নু খমঙোই য়াংঙোইবি, তম্পাককা পোকপিগা তম্পাক লৈস্নক রোন য়ামবি তম্পাক্কা পোকপিগা তিংথৌগা হুপলা হারাগা কোন্দে সেমপাংগা চানা ইমিগা তোংলেন লৈসংগা সিংক্রেং লাং-গাচৈগা য়াংলা থৌবোনগা সাহু য়েংদৌগা তৌমু তলহাউ চারোং ফাইবংগা তেংনা ন্নমোইগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে। য়েনকোংয়েন চুপয়েন চাময়েন চেংকুক পানদোং উচিনা ৱানসাবা য়েনথুরৈ তেকতেকপান

সংলৌ ৱাংগন অকনবা য়েনথরাম নাপাকপাগা পোকলিবি নংবু নেমসিক্কে, মনেম মতাই থোককে, মতাই মনেম থোককে। হৈকক থাংজিং থারো লিনফু খোংক্রুম মাইরেল কৌখা ককলা ঙাচক কোমোলগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোক্কে। হুইচিল হুইয়া মেনলৈ সেরাং লৈসোক থোনকম হাউরৈ ফোলাং কোনপি কোংয়াং পাংকোং নাউহু চিংথা-রাউ লৈসং কোকলেন লুসি ঔরি ঔরাগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে মনেম মতাই থোককে। উপি উরেন তলমু তলহাউ হিয়াং হিরেন উখোক থাংখোক ফৈজা ফৈঙৌ মিসি থাংয়ান সৈই কুহি উপন লেংতা উনি থৌ তাইমবেং উয়িল খানগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে। লিথিক লিরেন হুমপোপ সাগন য়াইরি থায়ু লিবেন য়াই থমবোং ইরোক অনি পাফললি চিংসাং অনি লমথারি পনসা থোংসারি পনলোই থোংলোইলিগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোক্কে। সনথোং হৈ মরি হৈমায়াই হৈরি হৈজাং চিংহৈ লেনহৈ হৈসুক হৈসোই য়ামবি খাগোকহৈ থুনামহৈ লিনচামহৈ হৈবা হৈবোং পেরেল হৈ কাংগ্রৌ হৈয়িৎ হৈবুংগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে। ৱাং উমং লিৱা লোংৱা খোকৱা লাইৱা উতং উয়েং উহৈ উনাল নাচৈ, নারিলগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে। চংবিলা লামুং লায়াইরা য়ুতাউ থাংপাকলা কাইরং থুম য়োমলা মোইথাক মোইরেং-লাগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে মনেম মতাই থোককে মতাই

মনেম থোককে। তরা তোংমু লিকসি খারোনথি য়াইসেন য়াইফৌ চাজাক চাহৌ পুমান লংমানবি চেংমি ফৌগাক মোরসি মাকতং ফৌ-রৈমা ফৌনিংথৌ ইরোইয়া কৈতেকপিগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে। থোইদিং ঙৌজা কাবাক কোকনোং খোমনোং পানফুক পানফোই সিংথা সিংথুম সৌগ্রি মায়াংবা ত্তিলহৌ চানম থাংপাক মেমান লিনাই খোইনাইগা পোকলিবি নংবু নেমসিক্কে, মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোক্কে। ঙারা ঙাসিং খৌরেন খৌয়াং য়াংকন সুজা সারেং মৈহন ঙারেন কোক-পাক পেংবা মুবলাং ঙা [illegible] থি ঙারা [illegible]লহোং [illegible]মফা ঙারিল তোংজেং ঙাখা ঙামাহাক নেংজেং ঙাতুপ নোংলোই [illegible]চেংকোক-ফাই থারোই খৌজাওগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে। মিচং মিথোম হুইনোম য়েনমোম সাগোল সামু সামুক ইরোইগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে। য়িমসা লমসা তোকপা কামপা, সামু লৈরাং মুরোক পাইবং খুবেং খুবাই য়োংমু য়োংসেন থৈরোই [illegible]পংগা পোকলিবি নবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে। সেকপি [illegible] [illegible]রোইতু চরোই য়ানবি উপোং খারাগা পোকলিবি নংবু নেমসিকে, মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে। [illegible]ম নোংলুম তিনফা কাকৈফ ককচে খোইয়াগা পোকলিবি নংবু নেমসিককে, মনেম মতাই থোককে, মতাই মনেম থোককে। লিনমুক লিনদেং চিংলাই তমলাই খাউরৌ তাংলৈ তিনপুনমাপুল হংকোক নাবিলগা পোকলিবি নবু নেম-সিককে মনেম মতাই থোককে।

( লাইবোল অসি অমাইবনা শোনগনি )

# উমং লোল মাপল

১বা নচিকপু তাইচিককে, লাইয়িংথৌহনবা সনা হিহোনবা কমবোং খাবম পাৎপু ৱাতেম্বা থাংভা লাইবেম পাৎপু ৱাহম্বা ইবোক অস্নুপপাবু থোনকৎপা চিংসা নাপোম অৱাংববু মনাক নেৎনা ফোই-থবা সাবন কংলৈথক্তা হিহোনববু খুমু নৌসাদা তৌৱাং তেকসোংদা য়েনপোৎ লিখাঙদা লিলহা ইচেন নাইদাবা লাইজা ইপাক থক্তা লমজেনবাবু খুমাই চোত্তা খুদোন নাইদবা সেনবি লৈহেন্নববু ইঙেন নোংফাইদাবা কাথৈব য়েনমৈ সিৎপাবু য়েনহৌদা, তেকপি ওকপি চংবাবু ওকথাংদাবা, কাউবেল সললক চংবাবু সলহৌদাবা মাকুমবি খোইমোম লাইবেম্মা থেংনু (পেংনু) তমনু উংসোং লৈমা লমলাং নি থৌ চনু লিবি থাবাম্বা গুমবি লোকযাই তাম্বা তেংগুমবি চাংথবং অবনবদা ইসোকপাবু ইন্দিবিবু লুমনবা মপাবি অমুদোন লৈবাবা লাই পাথং মঙাইবোইবু যাহৌবা লাইকুবা অবেৎলোইবু থৌনেকপা সেল্লোই লৌথোংখোং থেংখোং চিংলাংমৈদা নুংবি মনাহুৎনা থৌনাবা খোইমোম লাইনুংখিনবু তমহনবাবু পাবিনবা মমাইবা থিনোং চাউবোং সুজা মমা লৈবা সুজাম জুমবানা মংফাউথাবাদি খোইমোম ঐবু মানবি যাংতকপা কাউবেন চিগোনবানা তাইবলো কোনজননা যোৎচননা সগৈ চননা তেনবি চননা থাংদবনা তাদাবৈনা ঐবুবা তাইববো, কমাবা খাবমপাং বানা থাদাবাবু ৱামা থাবিগে, থাঙা লাইবেমপাৎ উমা লিংদাববু উমা লি বিগে সাবন উইৱাই হৌদাবাবু উইৱাই হৌবিগে পোইরৌ হিমা লামা থাদাবাবু হিমা লামা থাবিগে

হায়না মং ফাউবা মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবাগা হুয়েন লানলোইনবা পোইরৌ হি থাবা লমলাং লমলোকপা হুয়েন লান-নিকিদি নোংয়াই হাউদাবাইবা হাউতা কোইবা অরোল লিকনবা য়াইথিং কাউবোংসু নিংঙোন কোল্লুসুবু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লাললোইনবা কবো কিয়াংঙম্বা চাওবা সুমজাই ফাবা মরোই লোইনরিবদি থোংনাং কারন চা অচংবা ফৈমরিং তানৱাকপা লময়াই সিংগন পোংসু মীকন থৌনাবাবু লোইনারিবা চিংখোং পোইরৈ তোননা অকন অয়াং কনদবিগি হাননা অকন অয়াং খিলহনবা নংবু তাইগে, হাই মনেম মতাই থোককে।

২বা নচি খানিংথৌ মোংবাহনবা লাললোই খনবা মরুমবি খোইযোম লাইরেম্মা হাউনুখু হাউনুহন। লাইতোংখ্ৱ লাইতোংহন্না য়েনয়োম খোমহানগা সিংপাক মাইতৈগা চাতুম চঙানগা হোংনেম চাউনেৎকা মেবা মেনদোংগা সাচুং লাল লংগা লাংহৈবী কাকলেন মিঙম্ববু কাইনা হনবিবু লুমনবা মমাইবা অপাকমানা মংফাউথাবদি মানবি চকলৈ কাউ কাউরেন লেংবাসন মচন সেবা কোংতিংনু ফমন মুকমু হাইমৈচোন মানবি অমুবা কাউরেন চিনগোইনবা তেকপি সমলেন পানদগী মরেম কবুম মিংনাইবা ফানা ওক কায়রৈ পুংথি য়েনথি য়েননা ঐবুবা তাইররো, হাউনা মংফাউদনা মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবাগা, হুয়েন লাল লোইনবা নোংয়াই ওকবা খুমন তারম্ববু ৱাংদৈ য়াংবা থোংঙাইসুবু কাইনা হুনবা মরোই লোইফৈরিবদি খুনবি কাপতা ফৈজা কাপতবেংচা লাইজা ইপুকখাই ইমু তোংগা চিংনা

থৌনাবাবু লোইনরিবা নংবু তাইগে হাই মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোক্কে।

৩বা চিংবল য়োইনাউইহন নাউহন অহনবা হৈবি লিসিং নেন্‌বা খোইসিং চাইবা থাংৱাই ঙমবানা হৈরি চাঙৌবা খোইসিং লুপাংবাবু কায়না হুনবা হৈবেম খনজান ঙম্বা ঙাংখা থোংথিল চাইবা মেন্দে তেলৱাইবা মকু অতেংবা খুনবি কাপতা ফৈজাবু সোংকিবাগি কাউবেন সনয়াং থকতা হেনমোইবাবু কাইনা হুনবা মাকুমবি খোইমোম্ লাইরেম্মা খনদোং নাউসং চানুবু লুননাবা মপারি অথিং কৈহৌবা সুমতাবৈ ঙাতবৈ চৈলা তেনথাবকা নাহুৎ নারেংগা মিৎলেং নাবে তমহনবাবু পারিনববু পাবিনবা মমাইবা খাবা লাংথংজা কাবো ৱালৌবেম্বনা মংফাউথাবাদি উকপ লমমাইন্ লমলেন্ পোংহৈথা ঙানবা চাজনৱাই খাংলা য়োকুমৱাই ফুনান তেলহৈবা মচিং-সাংবু থেংগোইবা থোংলেন ৱাংথৈবাকপা মফৌ সয়াই চেনবা য়ালৌ সাকারম ৱাংথৈ লিখুন পুংবু ফৈনা লামনা ৱাতেম্বা মৈদিংঙু সেমবি খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো মুংখোং ঙম্বা, থামুং ফাবা মরোই লোইনবিবদি, হাউবা চেংৰা খমলৌ লাইতোন নোংয়াই সাগু তাইবোংমনগী চিংথম চাউপোককা মুৎলৌ ঙাংলৌগা পুমনা চন্‌না লমওকচরিবা অকল অয়াংবা সকউ সাউদববূ লোইনরিবা নংবু তাইগে হায় মনেম মতাই থোককে।

৪বা খোয়য়ুম লাইনিংথৌ খমলাংবা য়াংলৌ খনবা মারুম্বি খোইমোম্ লাইরেম্মা সনথোং হুইমুৰৈমা মঙাং নিংথৌ চনু থোংনাং

মোইবুং পোত্তমলোই লিকোন খাউজাউরোই পাসোৎ ফিরাকলোই কা য়াচুবোইবু লোইয়াবিবু লুমনাবা মপাবি ষুংপাক ঙম্বা হামলৈ ফাবা তিমাবিবাগি য়াংলোন হাবা সোংবু মারাৎ ঙম্বা থোললান ফাবা নমু খেনাম্বা লময়াই য়ুমচংথৌ কেকে মোইরাং সামবা তোংখুস্মবু ফাবা পোইরৌ হিথাবা কমবোং পায়াকোৎ সিনহৈবা ফানবাবু পাবিনবা মমাইবা চাকোয়ানা মংফাউথাবদি উরিপোক খো সায়ান ফেবায়াং অচনবা নোংদা লাইবেন পাখ বাবু মিবু মিংনাপুং মবেন লাইসবাসিংবু সি নাপু খময়ে ঙাযে খো লমবাং ফেলুম ফেৎনামাং য়াংলৌ নাহামাংবু ফৈনা লামনা রাংতমবা মৈদিংঙু কোংয়ামবাগা হুয়েন লানলোইনবা ইঙেন চাকুন লোককি মযা মাইবা সমলোইবা থিংগুরাকপা রাসকপা অফে বাজা থাংয়ান কনবা লাককা সুমগা তাওগা অবিং অবা তাউবু কাইনা গুনবা ময়াম্বা নিংথৌ ফাবা মৈদিংঙ সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াংঙম্বা চারাইবিক ফাবা মবোই লোইনরিবাদি কমবোং লোইবাংখু লোইবাংহন সাংখু সা হননাউ অকোই অসাউবা সকউ সাউববু লোইনরিবা, নংবু তাইগে হাই মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে।

এবা হোংনেম লুরা নিংথৌ পুনসিবা নুংবান সাকৎচিংগি য়োইঙনবা লুরা লাংহৈ চিঙগি যোইচনবা চাবোন মঙা নেমজিনবা সুবোল তকক তানফ বা পাখ কুমজিং লোন্দি খোং মঙা বাইজিনবা নুবা কুমসি লোনদি খোং তরুক তানফ না ফাউবৈ নেমজিনবা য়ামদরৈ চাইসিনবা হুইতোক পাকৈল চিরি যোং ফাকৈল চহুই কাংবা

লৈ কৌবা মুংবু চিংকি ভাংলেম্বা কাললাই অচংবাবু কাইনা হুনবা মুংবাল মপাচা লুৱাং ময়েললুবু ৱাকয়ৈ ফানপক্ লৌদৱিঙৈদা মরাং উকু হননা ৱাকয়ৈ ফানপক লৌহানবা হিয়াং নাপল থোংগা তমবিবা লৈকু য়ুইনবা লৈরাই খামথাংবা তুরেল লাতাওবা লৈরাই হিকু হিকাচাককা তানফংবা মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা হাউকু লৈমা লমদেং নিংথৌ চন্থু লমদেং সেরানবানা পোকপি থিকলেন তমফা ঙান্নুরোন থোংগাইবা চন্থু ইরেম তাইদল লৈমা মোমন্থু চন্থু খুৎয়াই চেনবি নাওথোং কাইবি সেনবা পোকপি চিংয়াই ঙানন্থু থুমবি সেক-মোম নাউসং কাইসুং হালোই তুনা থোইবা লুমলেন তরানিপাল লুমনবা মমাইবা কৌবা মিয়োমবানা মংফাউথবদি লুৱাং মকুবিচিং মোংবা সুমজাওঙান থাল হৈতুপ পোক সংদিং লানফৌচিংবু থেঙ্গোই-নবা চিংখোং চুম্বা খেত্রুপান বসান সাকৎলম সংবিলম মৈদিংঙু উৱা কোম্থোবা লুথোইচি চেংলৈ লমমাহনবু ফৈনা লামনা ৱাতেম্বা মৈদিংঙু তেলহৈবাগা হুয়েল লানলোইনবা খুনজান নিন্দুমবানা ৱাগি হৌনখিয়ে লংই পোনবি অচাখোনগি থারুক য়োইথোংঙাই হনবাবু কোন খুনাওহন নাহন কোন্দে ঙাইবু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াংঙম্বা চাৱাইৱিক ফাবা মরোই লোইনৱিবদি সবা কৈফাগে কৈসংবা হুয়েল লানফাগে খোমলেন মংখৈননা লানমংনবা থিংবা কৈথৌকাই খম্বা কোনদে কোনৌ মাই হাওগু তেক্লা নম্বা মলেম তোংলান ৎনবা মুংবান ময়ুমনাকপু লুৱাং মসাইগোনবু লৈনা চেনসিনবা লৈথিন নোংখিলয়াং হাউগু চৱাইয়াং অকন অয়াং সকউ সাউদববু লোইনবিবা নংবু তাইগে হায় মনেম মতাই থোককে। মতাই মনেম থোককে।

৬বা খোয়য়ুম লায়য়িংথৌ চাখাবা লাংনৈরেম্বা। লানলোই পানচুম্বা মরুমবি খোইমোম লাইরেম্মা লাইতোন লৈমা সনারেম্বী খুমন খাধা লাইথারোই লিকস, লিকংা লোই ফিবোং চামিরোইবু লুমনবা মমাইবা লাংনৈবনা মংফাউথাবদি লোললোই য়াসিক সিখোম মতোন মরোই য়াথং খোমবাচা পাউবা ভুংচোইরাই ময়াম্মা মঙন হাংলৈবদি তাহনলম লংমাই চন্নু কাইরৈমা খুনথু দবি লংনান্নুং চিংঙু লৈমা ওকসোংপুংবু ফৈনা লাম্না রাতেম্বা মৈদিংঙু তেলহৈবাগা হুয়েল লানলোইনবা তুসাং হিনাম থাবা হনবা নাউসেক য়াম্না হৈরেম কদাম্বা ঙাতাম্বা খমলাং মখি চামবা লাংগোই সাগোল লোইবা খুনজান লৈমা খমলাং তাউবিবু কাইনা হুনবা তুসা, ঙাংনা পুংদোই তানফংবা মৈদিংঙু সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লাংলোইনাবা কবো কিয়াং ঙম্বা থমুং ফাবা মরোই লোইনবিবদি কাবেবি কংবেবা ঙানৌ থুমনৌতা পোইরৈ শিংগাই হুমফু মাথোইমকতা সিংনা, চোমজাউস্নুবা কাপাক তেনদোং হাইবা অকন অয়াংবা সকউ সাউদাবাবু লোইনরিবা নংবু তাইগে, হাই মতাই মনেম থোককে।

৭বা হে পিথোংলেন য়াই কাইরৈমা কাইর স্নু হুইয়াই খনবি লৈচোন হাউতমবা চানেম য়ুনেম্বা থোংগরাই মেনদং লাকপনা পোকপি মপাম লাংদোম মৈহৌঙ খোয়মোন লাইয়ই ফাবি ময়েংনা নানমরাই মপোননা নোংৰা ৱাই। হৈরোংনা পাউসোনৱাই মুংবিনা অসৈৱাই থরামনা নোংসাৱাই মুংবপাং তাইথিকোন নিংনাপাং নাউসেক কোন য়েনপং পাংসা, চোংগোনন। তাংকোং চৈনা ওংনা খোমহানবি কৌবা কৌদাইরোই মৈদেংঙু নাউথিংখোংদা ফৌয়াই চায়াইরৈবু লৈনা চেনসিনবি। মৈদিংঙু পোইরৌ লানথাবাদা হৈতৌ

মোংথারোই কোকপপু খোমহানলোই সারু হুকানলোইবু লোইয়াবি অমুবি লৈয়াংপি লৈরিকপি সমখোমপি থাৱা লৈফম লৈয়াংপি অকোই অসাউবি সকউ সাউদবিবু লোইনরিবি নংবু তাইগে, হাই মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে।

৮বা খোয়য়ুম লাইনিংথৌ মুৱা নিংথৌ অতোনবা মারুমবি খোয়মোম লাইবেম্মা চিনফুরোন লাইতোংখ ম জুমবিবু লুম্নবা মপারি লৈয়ান খুননৌ সিবানা থমনুংচাথাং লামবাগি য়াইফু চেপনা-হবাবু উরময়ে লৈমু য়েনখি মানবাবু তুংহননানা হুললনয়ে। লৈনা সিরে লৈসি উরাংকা থোননাবাবু পানরিনবা মমাইবা থোংঙাইবানা মংফাউথাবাদি লমবান খোয়গোকপাৎ লৈমোন চাগোইপাৎ খোইজ লৈমোনপান পিতিংগোই লামবিচা উয়োককোন নিংথৌ সোইপাইবগী তলা উরিংকোনবু থেংগোইবা খুয়া য়োংয়ানফম নাইফা থানফম মাং লৈচোন মথানফম চকপা পুমসোইখোং খোংগাপাক লানজমৱাই ৱানুরৈমা চিনগুন খোন চেংলৈ লম্মাহনবু ফৈনা লামনা ৱাতেম্বা মৈদিংঙু সেনবি থাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবোকিয়াং ঙম্বা খমচেৎ লৈমা খমজাই ফাবি খামারন নিংথৌচন্নু হকম লানমিংনাইবী চিনফুরোল হাউরোকস্থ ৱাংগোন মরৈমাবি মুতু চন্নু সনা লাংমৈ-রেমবিবু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু সেনবি থাগেম্বা হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াং ঙম্বা লৈমা ফাবা মরোই লোইনরিবদি য়েনথাক তোং-থিনবা খুরাই কোকচা খুরাই কাজা মাংৱাই তুংৱাইবা অকোই অসাউ সকউ সাউদাবাবু লোইনরিবা নংবু তাইগে, হাই মনেম মতাই থোককে।

৯বা খোয়য়ুম লাইনিংথৌ থাংবাই মারানিংথৌ চিংঙু ওংজা চিংমাবা ওকলেন নয়া কানাবা লাইরেন নতোং পৈনবা চিংখোং পোইরৈতোননা ৱায়েন থৌদা তমদ্রিঙৈদা ৱায়েন থৌদা তমবিবা লৈকোয় সাগোল অপাইবাবু পাইখিরনে হায়না মখোং মসা থেক্লা ৱারক থৌবাউ তমবিবা য়াউরৌ সজিতেং অতেংবাগা নমু পোংগা মান্নাগনি হায়না চিরেন কোকথোংনা য়ারেন থাক্কনা পানবা য়েকতমনা কৈরেন য়াতমনা পাল্লো হায়না থৌদমবিবা তাউজিং হৈবাওচং নমু পোংনাও চংনা ওংও হায়না থৌদমবা তরা তোংনু লিকসি খারোন য়াইসেন য়াইফৌ চচাক চাহাও য়াংলি সুংলি হামুক কৈগাবি চেংমি ফৌগাককা ইরোইয়া কৈতেকপিকা মোরসি নাউরম-তোন ফৌরৈমা ফৌনিংথৌদি কদাইদা পাললো হায়না থৌদমবানো লংমাই লৌখৈনুং লৌরি সেন্দাইনুং খোংবান চামলৌলা তারেৎলক্তা লৌখোং নমঙানা কাইথেৎ খোংদিননা মপান ঙুইতু তুদনা মাই য়ামচেং কৌনা কৌরোং সানা থোইদিং থৈঙানানা পালও হায়না থৌদমবিবা চিংফৌ তমফৌ চাইন মুকলাং কোকনোং খোমনোংসু থবি মাইরেন সিংখা সিংথুম পানফুক পানফোই হৱাই ঙৌজা লিনাই খোইনাই খোংতুম মাইরেল সৌগ্রি ময়াংবা তিলহৌ চনমদি কদাইদা পাললো হায়না থৌদমবানো চিলেন মনাক তমবাদা নাকতং সারোন হুন সি জং উরাই হাই পামেন উমৈতুপ চকমোম মথি নাই খানবি মরাংহৌনা হাউনা নারোন সৎপদা ওংও হায়না থৌদমবা মরুম্বী খোয়মোম লাইরেম্মা চিংলোই তমলোইবি তোনবুং ঙমবি লৈসক কাজাও য়াবিবু লুম্নাবা মপারি মেন্দে ঙম্বা মরামবা চিংসোম্বা তোংলোং খোম্বাবু পারিনবা মমাইবা খায়োই করিয়ানা মংফা উথবদি

থাংবাই লৌহনচিং য়েননান লমন্নুংসি ওকথোক লম্মাহন মৈদিংঙু খমলাং অতোনবানা সানথুপচিং অকোয়ানা সাকমবাই নাউয়েম তোননা, বানথোংবাই তারা য়োইগাবানা তাউজিং হৈকনবাই। অমু খ্বাংবনা লৈসংবাই নিংঙেন খুনজামবানা মৈদিংঙু খমলাং অতোনবানা নাউথেমচিং অবাং থাংবাই লৌহনচিংবু থেংগোইনবা নিংথৌ মংজিংন্নুংসোই লৈমা লাইখোং তেনবি নিংথৌ কুরাউবা চন্নু মহিলেন খাবি লেংনাউ খোনবি মরমখৈ য়াইথোং লম্মাহনবু ফৈনা লামনা বাতেম্বা মৈদিংঙু খাগেম্বগা হুয়েন লানলোইনবা পুন্নঙম্বা থোনবা লৈসিনবু ফাবা কবো কিয়াং ঙম্বা মুরুপ্পা ফাবা মরোই লোই-নরিবাদি থিংবা মরামচা লাইথাং হুইয়োমসানা চিংসাং সারাউ লান-নাবত্তি খোনগা তম্লিবা অকোয় অসাউবা সকউ সাউদাববু লোইনরিবা নংবু নেমসিককে। মনেম মতাই থোককে, মতাই মনেম থোককে।

খোয়য়ুম লাইনিংথৌ কৌবরেন অহনবা লাইজা ইথাবা ইমু খনলোনবা ইঙা চাইজিবা মরুমবি খোয়মোম লাইরেম্মা থৌচু ন্নুংনাং লৈমা থিকলেন খানা পানবিবু লুম্নবা মপারি লোকপা নিংথৌ পাঙুম্বা কৌবা উল্লেন চাইবা সোংলেন লানথাবাবু পারিনবা মমাইবা খাবি তেংমাই থিনবা মমা লিনস্থ লৈমানা পোকপা লোইয়ুম সংগাইবা পুখ্রন তেংমাইথিননা মংফাউথবদি অবাং কৌবা চিংলাংমৈ ফিবুন হুংথং সুবি সুরোংচিং কমবি ফুবাল লোইবি লোইরোম্বি খমলাং নাউয়েম পানা মথুরোল লাংগোই মোইসা অপানবা সান্থু অঙৌবা থোকনরম মমা অখোং কৈনমপুস্থ অকোং থাংসুরাকপম নিংঙোনবি কৌবা লাংলোই ঙমবি হুয়েন লাকা ফাবি লমলোই ভাই লোইয়ুম্বা

লমথোমবানা চুমলাং খোকলোই পোকপু থেংগোইৰা য়াইথোং নৌসৌপাৎ কমবোং নৌহিরান তাকনা থানবি হিথাংথোং লাংবন খোইনিং মানবি পাইমেনখোং চামলাকপা মহিথেন। লাইজা পুংগোইবা মকায় ফমবু ফৈনা লামনা ৱাতেম্বা মৈদিংঙু পোইরৈ খুপ্পাওবগা হুয়েন লাললোইনবা ৱাইনেম খুননেন খুঙ্গং তরুক ঙমবা হুয়েন লানয়াম ফাবা মৱোই লোইনৱিবদি চিংদা সেম্বা তরামক সেম্বা তরামক চিংসেম মানসেম্বা অকোই অসাউবা সকউ সাউদবা তমদা নংবু তাইগে হাই মনেম মতাই থোককে।

**খঙবিগদবা**—উমংলোন ৯গী অৱোইবনে।

অসিনা ১০ সুবা চুপনে। মসি অমাইবনা সোনগনি।

## পুঙথম্বা লোন

১। য়িচিক সিৱা কোং নিংথৌবানা ৱাইকোক লম্মাহল তোংএ।
২। চেকলম ফানম্বানা কোংকোই ইনমসি তোংএ।
৩। থাংঙা য়োৌখাননা খুনফম ঙাংচেং তোংএ।
৪। নোংপাল লাইনেন চামপানা কৌপা নাপাচিক তোংএ।
৫। পামং হৈরেনপানা য়ুচিং থাংঙপাৎ তোংএ।
৬। নোংপাল পুনসিপা লুৱাং নাদাবনা ককলৌ তাউথোং তোংএ
৭। ককলা হেমচোংনা নামপি সনচেল তোংএ।
৮। লৈপূং চাবানা হোংঙা কৈসি তোংএ।
৯। থামং হৈরোইনাইনা চিংথাং ফোললাংমৈ তোংএ।
১০। ভিলপা চারুখোকনা থোমপারৌ লাইকংলা তোংএ।

১১। পাসি চিকাংপানা থাপি নম্পোল তোংএ।

১২। পাসি খোইয়োই য়াংখৈ হাউমন থাংঙা পুং তোংএ।

১৩। পাসি চককোকলাই হাবানা ফুপা ফৌঙইচিং তোংএ।

১৪। লৈমা হোরেমা নিংথৌ ফালতেক সোংলাই পানা চকপা হরা লমলাং তোংয়ে।

১৫। কুকি অহোংপানা লোইচিং চিংচাউ তোংএ।

১৬। লাইকি অচৌপানা লোইরেন খুনবিরোক তোংএ।

১৭। খুয়োন খুমাপানা থাংচিং চিংমৈ তোংএ।

১৮। লাইবেন খমতৌপি খমতাউপানা চিংঙা লৌখোং তোংএ।

১৯। চোলমৈপি চোলমৈপানা পিস্থুম চিংলুকোক তোংএ।

২০। য়িচিক য়ি লোংখোলবিনা লমপুন পুংজাউ তোংএ।

২১। যিস্থ পোপতেকনা লাহোসম তুরেল তোংএ।

২২। তত্রোপিত মৈসাংনা চৈকাইপোক লৈয়াথৌ তোংএ।

২৩। ককচাই তাংরাইনা কৈপি লম্মাহল তোংএ।

২৪। চথিকলেন খুপিনা খোইবা চিংনাংলেন তোংএ।

২৫। মেনতু পুকমাবা ঙাননু থাং চাপানা কংলৈ লম্মহল তোংএ। নো পোকলম তুপ্নে।

২৬। তুপু হৈরোইনাইনা কোনথাপাল তোংএ।

২৭। অরাং কোংতৎতাপা অরাই কংদাবানা খোমপিতোক উঙাম কৈ তোংএ।

২৮। থাপা ফানতোংপানা তোংচেং ফকমায়ুং তোংএ।

২৯। মবিয়া ফম্পানচানা ভিলপা হৈরেমখোক তোংএ।

৩০। হাউখোং সিনাই খুনা চিংথাংখু চিংথাংহন তোংএ।
৩১। লংমাই থিকলেন মাইরেংনা সাচিক লোল মখৈ তোংএ।
৩২। লংমাই কুমপা নাওসংনা লংমাই খুনিং খুনমাং তোংএ।
৩৩। তারিয়া লিখন তরানা কৈবাউ চিংলাইপক তোংএ।
৩৪। তানথোং লোননাইবানা রাসা খনফৈ তোংয়ে।
৩৫। তোং মরিংবানা পোইরৌ হামলৌ তোংএ। অরাং লমনে তুপুনে।

**খণ্ডবিগদবা**—চুক সাবদা, সুম্বল য়াংকোক মফম লেঙকপা, রা মপাল সাবা, য়ুমদা উরোক তোংবা, য়েনদেম মপাল সাবনচিংবগী লাই খুরুম্বদা লাইসোল ওইনা সিজিন্নৈ।

## স্নামহি অহোংলোন

হে হৌ হে হৌ হে হৌ
হোংনেমলো হোংনেমসে
লমলেন মাদা হোংনেম্বা
কংলৈ য়োন্দা হোংনেম্বা
পুংমায়োন্দা হোংনেম্বা
খোয়য়ুম থৌবু লাইয়িংথৌ
লাইরেল য়াইনা ননোংয়াইনা
লিকলাইরেন্না নিংথৌরেন্না
লোইদামগিদি থা কাউদানা
লাংহৈগিদি কুমগাউদানা

খোয়য়ুমপুগা লোইরমপুগা
সংলেনগিদি তেংমাইথিনবা অহুম্মাকা
খাবিগিদি য়োমলোই হৌনা
অসৈগিদি খোংফাং লেংনা
কৌবা কানা লাকথোং কানা
চিংঙু কানা চিংঙুবায়না
খোংবান রাইনা
থাংয়িগিদি খোংচারোংবা মস্তুমখাং
সরা রাইরৌ পামবা মননাস্তুম
রানবি তেংথাস্তুম তেংনা মপি কৌথাস্তুম
হায়ুম তোনবা সৈহৌস্তুম
তোনবা লিকলাই সৈথুমস্তুম
হুয়েনগিদি লাননিগিদি
পানবা কৈয়েকলাবাদি খাগাথা
সারোম থাবৈ তাংদি থককা খোন
হাউনু তোমসোন লাংমৈ মুদি য়াইগাচল
সুমলেনগিদি মাইপাকপাদা
মুরা হৌনা পাখংগিদি য়ুমদাংসাংনা।
সেলোইগিদি লংমাই নিংথৌচনু
লৈমা কোনসংনু সাফাবি।
থারানগিদি মুরা সংপু চুনবি
মপারি চেগাই মকারাবা লানশিংগুক

লাবনগিদি উম্মুংস্থক শৈইগিদি কুহিস্থক
স্থকমুগিদি তাংপাবা
শরিক থাংনা খিংখিং থাংনা
স্থকতোনগিদি লাংমৈ তাংথাংনা
পামেল রাইনা খাংতপ রাইনা
স্থকনিং কাংনা সোইতোল কাংনা
লোইমোম হুনা কুরোল হুনা
চেংচা তান্না মাইঙৌ তান্না
পামেলগিদি থৈতিং লাদা
তলাগিদি থৈঙা লাদা
উমু লাদা তাংমা লাদা
হৈতৌগিদি মংখাংলাদা
হুয়েনগিদি লাননিগিদি
হাউস্থ স্থবু পানতোইস্থবু
সাফাবিরু ফানারাদা
য়াংকোক লাদা কানম লাদা
লোইমোম ফৌদি তুংদায়িন
তরা চেঙদি মাংয়িনানা
য়ামপি তান্না মাইঙৌ তান্না
খোয়য়ুম থৌবু হোংনেম্বা
লাইয়িংথৌবু হোংনেম্বা।
সংলেনগিদি, তেংমাইখিনবা অহুমমানা

খোইয়ুমগিদি লাইরম সিমা
লাইরেন য়াইনা ননোংয়াইনা
পোয়রৈ হৌনা খুনজা হৌনা
তম্মুম হৌনা নাইজা হৌনা
খোয়য়ুম হোংনেম্বা
লাইয়িংথৌবু হোংনেম্বা
তরা লেমনা চেংপাল লেমনা
লোইমোম লেমনা ফৌপাল লেম্‌না
সিংলেন লেমনা নৈপাল লেমনা
চিংঙুগিদি মরলকুবু। খোইমোমগিদি মথৌজানবু
পোইরৈনাবাবু খুনজাউনাবাবু
রাওম্মবাবু খুলহোংনাবাবু
লাইরেন য়াইনা ননোংয়াইনদি
লিক্লাইরেনদি নোংথৌবেন্দি
খোইমোম খাদা সনা খাদা নখোংখাদা
য়োইবুবিগা মৈতৈ নৈমাগা
চিংঙু রায়না থোংবান রাইনা
কোরৌ লেমনা লনসা লেমনা
রাকমা লেমনা পাউফা লেমনা
নোইনাই তোকনা ঙমদম তোকলাবাদা
চিংঙু চাননা নথৌচাননা।
লাইরেন য়াইদা ননোংয়াইদা

ময়ুম লাংবু হোংনেম লাংবু
লৈপুনসিবু য়িরাল লৈবু
কোনশিল্লমগে ॥
( লাইশোল অসি মামহী চেংহোংবদা শিজিন্নৈ )

## ম্না লমরোক

কোরৌ নোংথৌরেল-ও
লাইরেল ৱাংপা মৈতে ংথৌ
ম্না নমিরেন থৌয়াংবাবু
ইরেন লমলকলেন লককি
ইমু ইঙৌরোনগি থারৈ লেমলৈলক
তুবেল কাওম্নুম কাওরা ম্নুংগি
তাইবং চিংউ নোংউ মাবু খায়থৎলককে।
পুনসি নোংসাংনা সনা মিরেন
মিরেন থৌয়াংবাবু তিল্লারেমলে
ম্না নংথোংচিনবু পোননা লিৎসিনলকএ।
নারিকচিনবু কান্না চোংসিল্লকএ
মিকপ লাকপু নেৎথুরকএ
মিৱাইরেনবু কাননা চোংনা
লাইরেন ম্না নথোংজিল
থোংলেন মরোল য়াম্বাবু
কান্না চোংনা তুবি নচৎলন

লাইবেল নফাসাং থোনাং লাল্লু চাম্মা স্থনা
থোংলেন তলমু চানেৎলম্বু
তুবি নচিহেন লাইরেন নরাই লাংনা
রাইওৎলকএ স্না নমিরেন মিবেন থৌয়াংবাবু
তিন্লারেমলে নফমলেন্ কারালেমলে ।
নফাল লোন্ তোংলারেমলে ।
মালেম্ মানা রোই থাৰি মতাংতেন ।
য়াৰা সিনথোং থাম তরেং খোংফাং লৈদনা
মিকৌবদি তুবি নচি হেন্ ।
লাইরেন নরাই লাংহৌরকএ ।
লাইরেন নংবু ফুবা লাংনা
থুডমদে ফুবা তোংখমলাং
মিবেন্ তাংমা লাংনা কাপয়োনলকএ ।
মোবা অউপলাং
লাংগোম পাউনমলাং
ৰাহি ঙমগোই লাং
সনলম ফৈথিংলাংনা থুডমদে ।
লাৰাই মেনগারুকমেন তাংসাং
লাংবন হামপোইবা মিরেম লাংতমপা
পায়মা লিরি সংচাবানা
খায়মা লাংতোন্থক্কা
সনলম ফৈথিংনা লাংতম্বাবু

হায়িং পেংলোইনাই মুংনাং চারারোই
অহেনবা খোইয়া লোংচুম চাবু
থুগবরা থুদালাং ।
লাংবন কৌচেং চোংবিচাবু
ফাগাবারা ফাদাবা লাং
কুরাক মেন্দংচাবু থুগবারা
থুদাবালাং পাখং মানবা মিসমচিন্ ।
লৈরাং অতিংঙাবু থুরৌবা লাংনা
ঙমপান ঙমদে তুবি নচিহেন্
লাইরেন নরাই লাংলকই ।
নপেন খোইমোম্ লাইরেম্মা
মোংবা থাংঙা য়িমচাউ লাইবেম্মা
য়াইফবি মানফম লৈয়েংবি
কোন্‌ফম্ লৈতকপি মাংসোক্ লাই থংবদা
মৈরা তন্দুম ওইনা ৱাঙম্বি
ৱানা কাতাং ঙমবি হুয়েন ওইরমদা সুবি
খানিকপাদা হুনবা ফাবি
থোংনাং ময়াং চিরি খোম্বী
ফিমপোন ফাবি লোইবি অনান্‌ঙম্বী
হুয়েন সামপেং ফাবি নকা লানথাবি
পানবা কৈয়াম ফাবি
মোংবা থাংঙা য়িমচাউ লৈমা য়াইফাবিনা

লাইরেল ইনাংয়াই নংদি
লাংগোই সায়াং থকতা
করিগি লক্তারোই
নোংথোইরাকো লাক্‌সকও
সরেন্ য়েৎনা লাম খুবি কৌরোংসু
খুচেং হংচি লাকনা
খুয়া য়েৎওই থুমনা
স্না লমওক ফমদা
লাইরেন সনা নমিরেন
মিরেন থৌয়াংবাবু তিললারেমলে।
য়োইবু নসানৌ কংলৈ মৈতৈরমানা
লাইরেন ইসাবি চাহুই লৈরিকচিন
মেনসনা বাহুইরাং মেনতোম্পোক
পানলোই খুনঙমলৈ
পামেল থেমচা উৈফে থক্তা
সংলেন লৈপান পুমনা ঙান্না
নোংসা লৈগুম্বাও মালেম মানারোই
য়ারা সিনথোং খামনা মিকৌদে
হুইচি থেময়ে হায়বগিবু মিকৌবদি
য়িরেং পুপান থোইনবা
খমলাংবা পনহেননবা মিকৌদে
লৈরি কাংখুল লাংনা থুঙমদাবাও

লাইরেন নংদি লাঙ্গোই সায়াংথক্তা
করিগী লাক্তারোই নোংথোইরা কারকলো
সরেন য়েৎনালাম খুচেং হংচিলাক
খুবি কৌরোংস্থু খুয়া য়েৎওইথুম
স্না লমরোকফমদা তুবি নচিহেন্না
তুবি স্না মিরেন মিবেনথৌয়াংববু
তিল্লাবেমলে হেপিথুয়োইববু থংতা
নোংপাললোন লাংকোই সায়াং থক্তা
রাকচিং লৌকোই হনবি পানবা
কৈথিন হনবি হুয়েন লানথিন হনবি।
উরা পোংমা ওইএ মেনলোই খুংসা ওয়বিনা
লাইরেন কোরো য়িনোংথৌ
রাংবন য়িগা সাতাও
চিংখোং পুরিকলাই
লিকলাই লৈসং লেনও
য়ারা সিনথোংখাম মালেম মানা লোইনা
মিকৌবদি সেতৌ তৌঙামখ্বো
খ্বোই হোই হানবাগিবু মিকৌলোই
তামথানৈ চাওসিননবা
য়িরেং মানলৈকোনচিনবাবু
মিকৌবাদি থাংতেক খোইয়াংবা লাংনা
থুঙমদে লাইবেন নংবু

স্না তুলাই থকতা
করিগী লাক্তারোই নোংথোইরাংকো লাকসিকও
সরেন য়েৎনালাম খুবি কৌরোংস্নু
খুজেং হংচিলাক খুয় য়েৎওই থুম্না
স্না লমরোক ফমদা স্নানমিরেন
মিরেন থৌয়াংবাবু তিনলারেমলে।
লোইনাই নপারি লিকলাই মৈদিংঙু
থৌচা লাংগোই সয়াং থক্তা
স্না খোকথৈ মারোল য়াম্বাসিংনা
লাইরেন ইপা মৈদিংঙু পাখং মানবা ইসমচিন
খোইনৌ মিরাংমৈ লাংচেং চারা ইরুথেংও
মালেম মানালোইনা মিকৌবদি
রাইবা সানাঙম হুয়েন লান্না ঙমএ
হায়বগীবু মিকৌদে।
মৈবি সল্লাম ওই
উরেপ চারা ওইনাবা
কোরৌ খোংচোম নুপিহুগুম্ববু
কুমচা নৌহৌনাবা
তোংজেং কাইনৌহুগুম্বাবু
থাচা ওংহৌনবাবু মিকৌবদি
রাবা মানতিং লৌবা সিনহৈলাং
উকাক খুংনমলাং
স চিং নামি লাংনা থুঙমদ্দে

লাইরেন ইপা মৈদিংঙু নংবু
লাঙ্গোই সায়াং থক্তা করিগি লাক্তারোই
নোংথোই লককো লাকসিংও
খুয়া য়েংওই থুমনা
স্না লমওকফমদা সানা মিরেন
মিরেন থৌয়াংবাবু তিল্লারেমলে
নমোম তম্ফা ৱাংঙমলোন
চিংলাই লৈমা স্না কোনখাং মরোন য়াম্বাসিন
লাইরেন ইপা মৈদিংঙু কোরৌ সোইনাদবা
ৱাংবন হেন্নাদাবা নংবু
থুমনাউ হেন সোইএ
য়েন্নাউ নাহেয়ে হায়বাগিবু মিকৌদি
থৌহুগুম্বাবু লেপ্পা য়ুং
চেংচা তুগুম্বাবু লেপ্পা খিলনাবাবু মিকৌবদি
মোংপা তোংখললাং
ৱাচেং খাইচালাং লাংগোম পাউনমলাংনা
থুঙমদে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু নংবু
লাঙ্গোই সায়াং থক্তা
করিগি লাক্তারোই নোংথোইরকও।
লাকসিকও সারেন য়েংনালাম খুয়া য়েংওই থুমনা
স্না লমওক ফমদা স্না নমিরেন
মিরেন থৌয়াংববু তিললারেমলে।

য়োইবু য়োইহৈ খুললেনবি
চেংলৌ সামন লাথেমপি
খোংফাং চাম্মনা য়োইথোনবি
লুপা কোনথাং মরোন য়ামবিসিংনা
লাইবেন কোরৌ ইনোংথৌ
লিকলাই তাইবংচিঙ ইরানম্বাই
নংগিদমকপু মোংবা তাসিলহন্দা
থাপলৌ মরিল সত্তনা
তাবেং খোংফাং নামুংনা
মালেম মানারোই মিকৌবদি
অরাংদা কৌবা কৌন্থ য়োরুইয়ে
মিকোই খা থাবৈ কুমলুয়ে মিকৌবদি
পিসোনবা সোনলে মিকৌদে
হুমিং নসোং চাউ থাপানা নঙাননাই।
কুমজা তেকহৌনা থাজা নৌহৌবাবু
মিকৌবদি নোংয়াই নাউথম্বা
লিরৌলাং ওকসোং পুমথাংলাং
সংগাই তোননৌলাং
লিরেন তাংমারাং নারক সোনচিনলাং
লাফুৎ ফমচিংলাং নাবা কোংগাইলাংনা
থুঙমদে লাইরেন নংবু লাংকোই
সায়াং থকতা করিগি লাকতারোই

নোংথোইরকো লাকসিকও
সারেন য়েৎনা লাম খুপি কৌরোংসু
খুচেং হংচিৱাই খুয়া য়েৎওই থুমনা
স্না লমরোক ফমদা লাইরেন
স্না মিরেন মিরেন থৌয়াংবাৱু
তিনফারেমলে অরোই নোংনে
লোইনা নোংনে লোইনাই
সানা মিকোন নোংনে
হে কোনলৌরেমলে ।

## খোয়চু লমরোক

কোরৌ নোংথৌবেলও ইক ৩ লাইরেন ৱাংবা মৈদিংঙু
স্না মিরেম মিবেন থৌয়াংবাবু ও ৩ ইক ৩
থারৈ লেমলৈ লককি
ইমু ইঙৌ লককি
লৈকু লৈরাই নুংগি
তুরেন কাউসিং কাওরা নংগি
তিননারকএ য়ে ৩ ।। ইক ৩
পল্লেমনা নমানা তারেং খোংফাং লৈনা
লাইরেন নংবু মিকৌরকপসি ।
ৱাহি ঙাংঙোই লাংনা থুগবরা হায়বাবু
থুফমদাবালাং হয়িং পেংলোই লাংদা

থুগববা হায়ববু থুফদবা লাং
মোংবা অউপ লাংদা থুগবরা
হায়বাবু থুফদবাবা লাং
সল্লম ফৈথিং লাংদা থুগবরা হায়বাবু
থুফদাবা লাং লাংলোন মরম য়াম্ববু
মিকপ লাক নেৎথু মিরাইরেন
তোংনা চারোৎ লাংদোন রাইনা
লাইরেন নংবু হিং হিং খিংগারকলেদা ও ও
য়িক ৩। তুবি নসোংচাউ লাইরেন নরাংনা
হিং হিং খিংগাবকলেদা।

## হেবুবা রোল
### (তুদোবোল)

হেবুবা খুমমাবা লৈমাবা অতোংবা অরেংবা
ঙান্দুতু কুপথনথন রাওহুতু সরৈনেম কুমজাগা
ওইরিবা থাজগা ওইরিবা মৈবি সলাংগা থরান
নোংলৈগা উবৎ চাবগা ওইরিবা ঙাংঙোইবা
য়োইমোংবা য়োইচমলেন তমহৈবা তম্পাক
লেংগোই লাংগোই সেম্বা সারোং পুংমাই তোংবা
লৈকাই খোমদিল লাংদিলগা পাথুপ পামাংগা
পরৈ থাথোংগা তাওখংবা মোংবা য়ুমলাই
কৈরাই সাগা তমহৈবা নংবু হাননা তাইবানে।

কুমস্না কুমলিক লাইনা অবাং কৌক্র চিংথংলান্দা
কুমমৈদ কুম্বি পোকপিনা কুমবিহন তরংনা
তরংইন কেগে য়াংখজম নিংঙোলবিনা লাংলেন
কোংয়াং ফৈনা লামনা নেম্বি মকাসা
খোইনাইজম নিংঙোলবিনা খোইমা নারোলমুংদা
লোংলেন তোননা ফাকনা কাউরেন সনখোং
খুন্দা মিংয়েংবিনা মিংয়েং হৌবগুম খোইনৌ
মতা ঙাইরোইননা পাওনোকনবগুম
খাম্বি লৈমা কোনমুচা হাউকু লৈমা
তোনবিনা চাদনা তনবুমহৌ থক্তনা য়ুচাওগা
চাদা কুমমৈ হৌবা কুমদা চেকলা তোনদৌ
য়ুম মোইবা য়ুবা মৈবোম্বানা লৈতাং সেংনাতা
পামেন উহৈ চানা ঙাওনবা কুমদা হুপলেননা
পুমথাংলোন থারামনা মুংগাংসা হৈককন
নারেং থাংজিংনা কেপাক হৌবা কুমবু
কুমসানা কুমলিক লাইনা কুমবি মমুং ওইবা
কুমবু কুম নোংদম তমলিয়ে সিনোং মৈনৈ
পাইনোং মৈনে করি হেম্লো কবা হেননো
হাওকুও কসাও বাল্লো কসা খোংঙো
বাল্লো কসা খোংমা য়োল্লো লাইমা
য়োল্লো কসা তিল্লিয়ো মাংদা চৎপা
য়ারা লাইবু তান্না ফমও। য়াবা কোংথাং

লাই থিকণৌ থাদৌ লাই অরো অচৎ
লাই লোক্লাং তিল্লাং লাইবু কসা
খোংনা তাম্না ফেল্লো কসা খোংদা
ইনবি কসা লনতেকমবি থুমতেমবি করুক
মবা কহাইমবি সমসাং মাইঙৌ মাবি থিকলাং
থরাং মাবি সুককু সোইকু মাবি লনগু
থুমগুমবি ফৌসু চেংসু মাবি কসা নংদি
লনগুরিরো লোক লেনবিও কোল্লো পোকলেন্না
কসা নপাও চাওবিগনু থিংলৌ নপি তোনগনু।
য়াইবি নন্নুং নোংহৌগনু ইপুও
থোংনাং নিংথৌ থোংনা হিমালচিং লিতু
য়াংতেকচিং মেনতে নিংথৌ সোরাবা কৈরৌখা
মেন্দোং মুংগাইচিং নিংনা কৈসিচিং লৈমা
সমতোং পোকপু তাইনা খনবাও হাওনু
লাঙৌবি খাংদম লৌচাওবিবু তাইনা খনবও
নফৌ নঙা পান্না নহৈ নরোং পানবু তাইনা
সেমবিরমউ ইপুও হনগোই নিংথৌ কামবা
সললাম্বা সল্লাম মঙাম নমুত্তিংনা পোংমুচা
লৈমচা নিংথৌ সমবম মহারাবাও নমুপোংদি
থা তরা, সগোল থা তরা, সামু থা তরা সন্দং
থা তরা, হামেং থা মঙা, ওক থা মঙা
য়েল থা অনি, ঙামু থা অনি, খুমুং মুমিৎ তরা মঙানি

মিরম পোংলম সললম ওকলম মাবু
তাইনা সেমবাও নপুবো লৌথোংজাও থোংজাও
লাইরুক লেনবাও লোইতোংখু কুনরম লাইবাংলেন
তাইনবম খুরোই হাউবা লম্মাংদোংবু
তাইনা খনবাও নসোই পানবু নফৌ নঙা
পান নহে নরোং পানবু তাইনা সেমবিরকউ
তিল্লৈরাগনু লাইরৈরাগনু ! তাইরেল লোংমা
হাইরবানে। ইপুও কৌবারোনও কৌবা লৈমচা
কৌনু লৈমচা কাকয়েল ফমফমনা স লৌনা
কামবা তেকপি চিংনে। তেকপি খবুং চিংনে।
খবু তাংলৈচিংনে মনাই তাবা ইয়া পাঙ্গন
চিং সেকরা তাংদম পুংবু তাইনা খনবাও।
নফৌ নঙা পান্না নহে নবোং পানবু তাইনা
সেমবিবকউ। মভাই মনেম নংবু তাইরবানে
তিললৈবাগানু। লাইলৈরাগনু। ইপুও
সম্হোং নিংথৌ উফুপ লেননে উরুমলেননে।
চেংজা ভাইরাং তোনবু তাইনা খনবাও নফৌ
নঙা পাননা নহে নরোং পানবু তাইনা সেম্বিরকও
ইপুও থাংজিং নিংথৌও থাংজিং কৈবেন নিংথৌ।
চাওবা কোইরেন নিংথৌ সাংবা কৈরেন নিংথৌ।
কোইবেন অহুম লোইবা রাতেম্বও। পোৎপিনে
পোথাংনে, সিংজংনে রাখাইনে নিংথৌ মঙাম্বনা

পামমাক চেগাই ওইনমচিং সা পুনথোংবা
লৈময়াই থম্বাল নোংসালো। চিংয়াই সান্দেংলো কেঁগে
সিংজা ফাইবু তাইনা থনবা থাংঙাতোনবা নিংথৌ
মোইরাং লোইতোং লৈমা থাংনৌবি থাংনৌবুং কেগে
চিংসা পুংদা তাইরবানে।

## ঔগ্রি নিংথৌরোল সৈসক

(সৈসক অসি নিংথৌ নত্রগা পাথংবা হরাউবদা সকনি)

মৈনা রাইনা তাংনা সমনা
মৈদিংঙু না লোয়য়ুম্বনা
পাইবৌবেমও অঙৌবাও
হাউথৈবাও লানথাবাও
নবোই নাইববদা সেক্তানাইরবদা
মনিন নাইববাদা
কোরফানবু ফালংবাবু
নাকতৈবাবু সারেনতাবু
সারৈ তাবাবু য়াল্লবদি
সনথৌ ফানবু লেমলৈ ফানবু
ইথিংদনাবু ঙারৈ তাবাবু
য়াল্লবদি ঙাথোক ফানবু
নাকতৈবাবু য়াই ওইবাবু
পিযু হায়ববাদা
পিদরাশী হৌনখিএদা কোল্লো

মৈদিংঙুনা লোইয়ুম্বানা
পাইরৌরেমবাও হাউথৈবাও
লানথাবাও নরোই থেংও
সেকতা থেংও লান্দা তাকতরি মাদি
নরাললকনো ওন্দেলককানো
নচিংলককানো হলবাই লক্কনো ।
ইচিললক্কনো ইচিনগিদি
খমলাংবানা পামসাবানা
পল্লেমগিদি অপামবিদি মতাও
নরোই থেংও হাওগু তাকতারিবাদি
মপুং তাকতারিবদি নরাল্লক্কনো ।
ওন্দেরক্কনো হনবাই লক্কনো
লাইরেন ঐসু ইদাইরেম পুম্না
লৈহৌ পুমনা মরাম পুমনা
চরৈ লোইবু ফিবাল লোইবু
ফিরাক লোইবু ফিবাল লোইবু
ফিরাক লোইবু তোমসা লোইবু
তাঙলোইবু হুইবান লোইবু
য়েন্দ্রো লোইবু লোইহাকুবাদা
তারা পিদবগি চাকপিঙমদবগি
বাংলৈ পিদবগী য়ু পিথকতাবগি
ইরোই থেংগে মরোই থেংগে

কৌবা তাকতারিবদি মপুং তাকতারিবদি
ইচিংলকলোই হনরাইলকলোই।
ইরাল লকলোই ওন্দেরকলোই
গুয়েননাখিয়ে লানশিংনখিএ।
অঙৌবানা লানথাবানা
অঙৌবা লুপতি লুপলেন লুপনে
খুরাই লুপতি লোকখুবা লুপনে
লংমাই লুপতি অখুবা লুপনে
খুরাই রাংলে খাইজানখিয়ে
খাইজা লুপক লুপ তরুকমক্কা
সেকতা নাইদা সেকতা খাদা
সেকমু লাইদা সেকম খাদা
পনথেংথাবাদি চকপা চাইবে
য়াগা চাইরে মবাম কিলালে
খেনচো কিললে সরিক খুমলে
লাইখন খুমলে হুয়েনগিদি
লাননিগিদি মথংলেন চকপা তাউবাবু
অকেম তাউবাবু মরুনবিয়ু
হাউন্ন পাকপু তৈমাপাকপু
কাইনা হুল্লে কোম্নরমলে
মকোন থোককিবু কোললো
ইচিগিদি খমলাংবানা

পামসাবানা পলেমগিদি
অ পামবিচানা হাউগুনাইবদা
মনিন নাইবদা হেম্বা সাবাদা
খজিং সাবদা তরেৎ সাবাদা
পনথেং থাবাদি হাউগু চাইরে
মাগা চাইরে কৌবা নেংলে
নাপং নেংলে হুয়েনগিদি
লাননিগিদি লাকগুলাকপাবু
সনথিবাবু কায়না হুল্লে
মকোন থোককি কোললো
মৈদিংঙুনা লোয়য়ুম্বানা
মদাইরেমগা পোইরৈথৌগা
খুনফাং থৌগা তয়ুমথৌগা
লাইফাংথৌগা অথম্বগা
পিপোকপগা অঙৌবাগা
লাংগোনবগা পানবগা
কৈসকপাগা কৈরেংবগা
তেংথাবাগা হাউরৈ পাংবরমদা
লাইনা পাংবারমদা
খোইনৌগীদি নোংবানচন্নু
মতা তরুক মকনা
অবাং কোয়ৌ নোংগারমদা

নোংথৌগীদি চিংলুথুমবু
নাতৈননা কৌবা কানা
চিংদা কানা সায়বা য়াননা
সরেন য়াননা কুরাউ সেংনা
পন্দাই সেংনা চুংলেপ চোংনা
উচোংনা কাউবেন লোননা
সনখোং লাননা তরা লাননা
খংনা লাননা লৈতোং লাননা
মৈদিংঙুনা লোইয়ুম্বানা
লাইবেন নাইনা থিংগু নাইনা
মনিন নাইনা লৈহৌনাইবাদা
মনিন নাইবদা খৌসাথাবাদি
লৈহৌ চাইবে যাগা চায়বে
খামবি তাললে মৈমাং তাললে।
মৈমুৎ তাললে হুয়েন মুৎলে
য়াইসিং মুৎলে হুযেনগিদি
লাননিগিদি লৈহৌ নিংথৌ
হাউথৎববু হাউয়েনবাবু কাইনা হুল্লে
মৈবি থক্তা তাংগোই থক্তা
মদাইরেমগা পোইরৈ থৌগা
খুনফাং থৌগা অথমবাগা
মীপোকপাগা কৈরেংবাগা

তেংথাবাগা খুবিস্নুনা কৌরোং সুনা
খুজেং ৱাইনা হংজি ৱাইনা
উফুল হৌনা নোংলৈ হৌনা
তিংথৌ তৎনা মরা তৎনা
কোম্নরমএ মকোনথোককি কোললো
মৈনা ৱাইনা তাংনা সমনা
মৈদিংঙু না পোইরৌবানা
খুঞ্জাওবনা মদায়রেম্বগা
পোইরৈ থৌগা খুনফাং থৌগা
তয়ুম থৌগা নাইফাং থৌগা
হাউরৈ পাংবরম্দা থানা, পাংবরম্দা
লাংদে লাংবু লৌশম লাংবু
লোইরেন পুংবু সনাপুংবু
লোইবি থাংবু চিংঙু থাংবু
হেম্বা পুংবু মিশন পুংবু
সরেন য়াননা চোংদাই য়াননা
ঙমওইননা নাতৈনা
লোইশি কানা চিংদা কানা
হেমবা য়াননা সম্লাই য়াননা
কুরাউ সেৎনা পম্লাই সেৎনা
চুংলেপ চোংনা ঙাচোংনা
কাউরেন লাননা [illegible] লাননা

থংনং লেননা নৈতং লেমনা
মৈদিংঙুনা পোইরোবাদা
খুঙাউবানা লাইরেন নাইনা
থিংগু নাইনা মথিনাইনা
লাংদে য়াইদা মপুং য়াইদা
খৌসাধাবাদি লাংদে চায়বে
য়াগাচাইরে লোল্লুম তাকলে
লাংদে নাবে পাদোম্নাবে
থাম্বি তাললে মৈমুৎ তাললে
মরাম চল্লে মৈমাং চল্লে
হুয়েন মুৎলে য়াইসিং মুৎলে
হুয়েনগিদি লাননিগিদি
লাংদে নিংথৌ খোমলেংবাবু
রাংদৈ ঙম্বাবু রাখি ঙম্বু
লাংজেংববু লাংমৈরুনাবু
অথৌবাবু কাইনা হুললে
মারা থেংননা থাংমৈননা
লোললুমনারে রাহুননারে
হুয়েনগিদি লাননিগিদি
মৈদিংঙুনা কোললোয়ে
লোইরেন পুংবু কোমোইরে
চৈশাক মরা ভরাম কোল্লোইরে

নিংথৌ পুনসি মুংসাংনবা কোল্লোইয়ে
হে কোললো হে কোললো।

## লানপাউ তম্বা সৈসক

লাইরেন মৈদিংঙু লোয়য়ুমবানা
হুয়েন লানফম য়াইফ থোইরকলবগি
মোংবা মরাল য়াইদা হলবাইরকলেদা
দোলাই লেংজাও তোং
চোংলেন ইনজম খান
মমাং মীগা চৎ
মতুং মীগা ইননা হলবাইরকলেদা
মৈদিংঙু স্না কৈথেল লেনবু
সামু মাংওইনারকলেদা
মৈদিংঙু পাইখোমবানা
থোংলেন মখুৎ ফাবু কাননা চোংলক্লেদা
চৈরাক বায়েলসঙ কুচু থোথাফমবু
সামু মাংওইননা কোললমলেদা
লাংগোই সামু পোকফম্বু
ওয়ওয় নাতৈননা কোললমলেদা।
কঙলা উত্রা সংলাংমৈবু
সামু মাংবোইনারকলেদা
চেঙজা মুঙকোইবিদা হুয়েল লাললু চল্লমলেদ

কংলা লানপাউ তমলমলে।
মোংবা থাংঙা য়ুমচাউ লৈমা য়াইফাবিদা
পোয়রৈ মীপুম্মাবু তেকলকতে হায়না
হুয়েল লালপাউ তমলমলে
মোংবা সঙগাই য়াইবি মরাংকায়বদা ৱাইথুংলে।
মসানৌ মৈতৈ লৈমাগি ফৈরা তাজিলথক্তাবু
হুইয়েল লানফম য়াইফাৱাবু তমলমলেদা
মদাইরেম অকন মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা
পুন্নকপু মোংবা মরাল য়াইদা হলৱাইরক্লেদা
খুনচাউ লৈচাউনবা খুলহোংলৈহোংনবাবু কোললে।

## শরোই চাকথা

য়াম, হৈবীমনা শিংজু, কবোক অফাবা অদু য়াংকোক নত্রগা লুকমাই অমদা হাপলগা মাইবা নত্রগা মাইবীনা শরোই চাকথা কৎকনি।

হে গুরু থাংজিং শবোই ৬১ মক্কী নচিঙ্গাক পিরবনে হায়না শন্থোংদা ওন্দুনা লাইয়াম খাংদোক্কনি।

চিংখৈদা ওন্দুনা মারজিং শবোই ৬১ মক্কী নচিঙ্গাক পিরবনি হায়না খাংদোক্কনি।

খানা চাউবা ৱাংব্রেনগি শরোই ৬১ মক্কী নচিঙ্গাক পিরবনি হায়না পোৎ চৈশিং অদু চাইখাইদুনা থাদোক্কনি।

কৌব্রু শবোই ৬১ মক্কী নচিঞ্জাক পিরবনি হায়না পোৎ চৈশিং অতু থাদোক্কনি।

অতুগা অরোইবদা মাইকৈ ৪ দা চাইথোক্তুনা থাখিবা পোৎ চৈশিং অরেম্বা অতু ইবনমাবা তুমাবা, ইবম শেনবা তুশেনবা, হনবা কোকচাউ হনবা লৈখম নখোয় অনিগী নচিঞ্জাক পিরগে হায়তুনা পোৎচৈশিং অতু ঈশিংগা কংফানগা তাইনবা মফম অতুদা চাইথোক-তুনা থাদোক্কনি।

## শরোই থাংবা

চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মাগী হরাউ সকসেম তমলিবা থোৎথোক কুম্মৈ সান্নরিবা অসিগী হুম্নি, মঙানি, তরেৎনি, মাপলনি, তবামা-থোইনি হুবদা চিংঙু লাইয়াম থোবৈ তিনন হরাউ তোইদাউবসিদা লম অসিগী খুন্দা হন্না তাবা হান্না সিবা, লমদা-তুদা, মৈদা-ঈসিংদা মুংসিত্তা, সাদা-ঙাদা, থৌরিদা, উত্তুপতা থাদা, তাদা, লিদা তেন্দা মিসি মীনা চুমদনা সিখিবা নখোয়না চাকনি ফিনিবা তরা, নচিঞ্জাক চাবা ফংদে হায়না খুঙ্গং অসিদা য়ুমথোং খুদিং চাকনিবা ফিনিবা সোইকাইবা খমগাইরম্বা নখোয় পুন্নমক্কী নচিঞ্জাক্তি সরোই ভুক্ফু মাথোই মক্কী চাকথাকলিবা অসিগী অরেম্বা অপাবসি নখোয়না চারো তিনয়েৎ লাইয়েৎলগমু নহন ফমদা হললো, নতেফমদা তেরো হাউরৈ লাইনা পাংবারমগী সরোইনা চৎপা মতুং ইনখরো হায়না তিনখাই লাইথাইরমলবনে হায়না লৈয়ি ৭ ফৈনা চিংলমগনি।

খংবিগদবা : — সরোই খাংবা অৱাংলোমদগী হান্না হৌগনি। মখারোমদস্থ অসিগা চপ মানৈ। হাউরৈখানা পাংবরমদা সবোই তুংইনখরো লৈরগনু চংলো হায়না লৈয়ি ৭ ফৈনা মপাললোমদা কোনতক তৌনা চিংলমগনি। লাইথাং ওইরবদি লৈপাক সোক্লা চিংবা য়াদে। ভাবনা স্থন্দা চিংগনি। খুন্থাং ওইরবদি লৈপাক্তা চিংগনি।

## পাখংবা থৌনিরোল
(চবান কংপা

হে গুরু লাইনিংথৌ পাখংবা তুবি য়েকসোইদবা লাইরেন য়েকনাংদবা তুবি মৈনা পুং লাইরেন লুনা ৱাংবা ময়ায় স্থমতোংপান য়াংগোই সরুক পুং তাইবং মিংলু তোংনা ফমফম ৱায়েনলাকপা নশানৌ ইবেম্মা চিংথৈ য়াইফু নি থৌ চন্থ খোয়মোম লাইস্না মৈতৈ লৈমগা চিংঙু খোয়য়ুম অনিমকনা সনা ফম্বাল লাংদা ফমফমলবা অসিদা নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবা অসিনা কুমসি চহী কুমজাগী চখি চনৌ কৎচরিয়ে মিংত্রেং সানথৈরগা স্না লুকলেন পমনা পায়মা খোইজংনা, তিল্লাং খোইদানা হাবিয়ু চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মাগী তরা লুকলেমখাক অসিবু নস্থ হেবুংথৌ হেবেম্মাসিংনা ফংজরগা চিঙঙু য়াৱা পুনসি চরৈ নুংসাংববু পিনবিরমউ।

## য়াকৈরোল

চিংঙু ইবুংঙো খোয়য়ুম ইবেম্মা অনিমক ইন্নুংঙাললে ৱা ঙাললে লৈরক কাবা সন লাউরে, তাউথ্রা চিংগোই ঙামুললে। হা ইবুংঙো

হুইথৌ লাবা চিফেংলে য়াংদৌববু চিদমলে। চিংখৈ লংদিং লৈনা অহুমন শুললকলে চরোই তেতু খোংলকলে। লোইবি হেনব অমুবি থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক কৈরোই লাননা পাউজেল্লে। ইবুংঙো কেকে মোইবাং থাংজিংগী মসাইগোন লোকতাক উথুম থুমবিচা চেক্লা তুম তুম য়াকৈবক্লে। ইন্নুস্থু ঙাললে ৰাঙাললে। ইবুংঙো খানা চাউবা ৰাংবেন্না কোনবা মবমখৈ ত্নিংই লৌৰোল খোল, থরা পুকহুখোননা ইন্নুবা ঙাললে মথংই, ইবুংঙো সেনবি কবো মরমখৈদি সৰাং লাইগী মসাইকোন্দা যাকৈনবা চেক্তি কবো সোংগ্রি লৌভাক অৰা সালোন চেক চেক্রা মখো ত্তাবু য়ে লগা থৰান নোংঙ মানবা চেক্লাগি মচিন ত্তাবু য়েলগা তেনৌ যোৎকোন মানবা চেক চেক্লানা নমু মীবোল থোকপা চেক পোম্বী তেনৰা কৈবা চেক্লানা চেক্লাস্থু তে, তে হায়না য়াকৈবে। ইবুংঙো সেলোই লমাইনিস্থু মরমখৈ লমলেন পোইবৈ হমবোইবৌ। অন্দ্রো য়ারব মসাইগোন ঙান্নু খেরে চিনপাকপীনা চেক্লা য়াকৈবা লমনিদো। মপল সেললোই চিংদদি মৱামগি য়েন্দি ফৈজাওবা, মরিংগী য়েনবা খোংনেম্বা, অঙাংবা য়েন্দি মুমিৎ স্না পুকময়েন, অমুবা য়েনদি লোইমোম ফৌগৌয়েল। অঙৌবা য়েন্দি য়েহ্লিং য়েন, ফেগোই মানবা য়েন্দি কোরৌ নোংদাই য়েল। লৈচিন মানবা য়েন্দি মালেম লৈতাইয়েন, কাইরৈ য়েললম তবেৎনা মপলগি খাংঙেল নাইকোইথক সাগল তুফাংফু ইন্নুংঙাল্লে করম্না খবনো চেক্লা কে কে কে মখোংই ইন্নুবা ঙাললে মথংই। × × × ×

খামেল লোক্কী লোকমাংদা সাইৰানবু কাংগোল ফৈরাথক

চিংথোং খুনুদি লমলৈম চেক্লা লমখুনা খোংলগা ইনুংবা ঙাললেম্মু মখংই। লমলেন ম্নাহল লোকচাউদা চেক্লা মদোমন কৈরমদে মালংবনা কাইদনা হুম্বনা হাউনা সমলাং ইখাই ইখাই সহু য়াংগেল ইনমনম মালংবা লোইরোইনা হুম্বনা নোংঙাললমদাই সিৎপা নুংসিৎনা লৈচিল পোকপা নুংসিৎনি। অয়ুক্কী য়েন্দা মাংদা হুম্বনা তাইবং পুন্সি নুংসা-ই নুমিদাং ৱাইরম সিৎপা নুংসিৎনা হুম্মাংগী লৈরিক লোকপনি। × > × > ×

য়োইমথাই থেংলেং হা মালেম অঙানবা ইবুংঙো হাউরে নোংপোকপু থংবদা কোমে নোংবু খোম্নি মপাবি য়োইমাযাই ম্না খোম্মদোন অতোনবা নোংপেংক মহৌচিংদা অঙানবস্থ খিং খিং খুনগাবকলে। লাইনিংথৌ থবিনা কাংগনি থাবানা চোংগনি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক নিংথম ফৈজপ ফিনা কাংবিরো ম্না কাংখল থাবাক লৈনা হায়দোকলে খোমলেন পাংগী লিকপলো চিংঙু খোয়য়ুম হৌরো মপুরেন হৌবো, হৌরো যাহৌবো ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবা তাউজিং খদোল কাবকলে সিংঙেল লৈরাংগী লৈপোপ অনৌবনা লৈহুনলে। চিংঙু লাইপাউ তাবগা নমু পুক্লিং লৌসিং ওইজগে হায়না নদাইরেম খাবি লৈতেনহন অমাই সিংথোং লেপপিনা চিংঙু লাইপাও চেনবনু নদাইরেমাসংনা ঙাইজবিএ লাইনিংথৌ। হা ইবুংঙো ভয়ুম চিংগোই ইৱাকমাস্থ ৱাকমা সংদিং লোমজবগে ইবুংঙো।

থংবিগদবা—অদুন্না অপুক্লা লাই য়াকৈবা অসিদা লাই লাই অহুগী মসক মনিং ইবুংঙো ইবেম্মাগী মতিক ময়াই থাহুনা সক্কনি। মসিবু য়াকৈরোন সকপা কৌই। মসি পেনা খোংবনা সক্কনি।

## লাইলুক কৎপা

হে ইবুংঙো ইবেম্মা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ইবুংঙো ইবেম্মগী কুমজা অরিবনা খাদা থা লোইদাম থাঙ্গ অনৌবনা পানম হেকমাই কারকপা অসিদা নদাইরেম নখুল খুনবুকলেন অচংবনা মোমন্নু য়ুমলোই হৌনা কুমসি চহি কুমজাগী তারা লুকলেন কৎচরিয়ে। স্না লুকলেন পামনা হাবিয়ু। চিঙু নরুখাক অরেম্বানা নদাইরেম-সিংনা ফংজরগা চিংঙু য়ারা নপুনসিবু লনগুবিরমউ।

**খংবিগদবা :—** মাইবনা লাইসোল অসি সোনগনি। মাইবীনা মতম অসিদা সরিক থিংগনি।

## লাইবৌ লা থাবগী লাইরোল

অহানবদা থাংজিং লোমদা (সন্থোংদা)ওন্দুনা :—

হে গুরু চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মগি হরাউ সকসেম তমহুনা থোথোক কুম্মৈ সান্নবসিদা থব্বা নমাই লৈবিগন্নু হায়না চিংঙু লৈহুন তমজরিয়ে।

অনিস্থুবদা :— মারজিং লোমদা (চিংখৈদা) ওন্দুনা — হে গুরু ইবুংঙো ইবেম্মগি হরাউ সকসেম তম থোথোক কুম্মৈ সান্নবসিদা চেংঙা খুভম হোংহনবিগন্নু হায়না লৈরাং লৈহুন তমজরিয়ে।

অহুমস্থুবদা : — মৈবম ওন্দুনা হে গুরু ইবুংঙো ইবেম্মাগি হরাউ সকসেমতম থোথোক কুম্মৈ সান্নাবাসিদা য়ুচেং নংস্থু নিকফরোই-য়ে সিঙেল লৈহুন তমজরিয়ে।

মরিস্সুবদা : — কৌক্রু লাইজিরোমদা ওন্দুনা—হে গুরু ইবুংঙো ইবেম্মাগি হরাউ তোইদাউরিবা অসিদা য়ুহা নংসু হাফরোইয়ে। চিংঙু লৈহুন তমজরিয়ে।

মঙাস্সুবদা : — হরাউরিবা লাই অতুদা ওশিন্দুনা—হে ইবুংঙো ইবেম্মা (মমিং হাইতুনা) অনিগী নদাইবেমসিংনা হরাউ তোইদাউ-নরিবা অসিদা অসোই অরান পুন্নমকপু চিংঙু অথি থিবিগনু খোইয়ুম অরাই লাইবিগনু। নদাইবের্মসিং পুন্নমকপু লাপ্না লৈরে লাপ্না কোনসিনবিয়ু। লমলানবা তুরানবা পুন্নমক চিংঙু নঙাক থোক্কী ঙাকপিয়ু খোইয়ুম নকনথোক্কী কনবিয়ু। হে ইবুংঙো ইবেম্মা অনি-মকনা কনবিয়ু ঙাকপিয়ু হায়তুনা খুরুমলগা লাইবৌ লা অতু থমগনি। (মসিবু লাইবৌ লা থাবা হায়না কৌই)।

## লৌতারোল সৈসক

চিংঙু ইবুংঙো হা খোয়য়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোয়মোম লাই-রেম্বী, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবনা মোমনু য়ুম লোই হৌ,নমু মীপূম ৱাক্তনা, স্না সঙ্গাই হুংঙাইবদা সনথি কাংলেন নাননা তৈ, খাংপোক পরেং লৈনা খল, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু চরৈ অহনবনা মকা ফোং, সিঙেল লৈরাং অনৌবনা লৈহুনতম ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু ঙসিগা থানা হুমিং সিংগুম ১০ নি হরাউ সকসেমতম, থোথোক কুম্মৈ সান্নববু, চিংঙু লাইরোই তানগে হায়রকলে। ইয়োং সংদিং লোমগে হায়রকলে। ইবুংঙো নদাইবেম খাবি সিংদা চন, অমাই সিংখোং লেপপি, সিঙেল নংগী

লৈছুনলোই। হা চামলো নংগী লাথারোইনা নদাইরেন খুঙ্গং অচৌবা চিংঙু কংলৈ নম্ভুমাংদা তলা উয়োককোন চিংঙু কংলৈ নম্ভুমাংদা, খুনজাও লৈচাওনবা ঙসি কোয়ৌ নুমিত্তা খালৈ লৌতারগে হায়রঙৈনে। চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা নহাল মখৈ চিংঙু নথৌ খঞ্জবা, অসোইবা চাম্মা ঙাকপিয়ু। অরানবা লিসিং কনবিয়ু লাইনিংথৌ। নদাইরেম ইপা ইচা সঙ অহুম কুমলহুনা চিংঙু নথৌ খঞ্জবদি, লিকলাই নম্ভু ইবুংঙো লাইরেন ননোংয়াইগী, য়াবা পুনসি নুংসাংবলু পিনবিরমউ। নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবগি কাউরেল সনগোনথন লোইমোম ফৌবাল চাউবা মহি মরোং চুমনবা পুনসি চইর সাংবা অসি থোংথিং অচংথোবু হাং, থরাই হামচৎনদবা মিরেন হামফোইনদবলু, পিনবিরমউ লাইয়িংথৌ। চিংঙু ইবুংঙোগী খালৈ মরোচানে য়ানসে হে য়াল্লু। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী খালৈ মবৌচানে য়াল্লু। হে য়াল্লু হে য়ানসে। লংমাই নুরাবীগী খালৈ মারাচিনে য়াল্লু হে য়ানসে। সৌগ্রি ময়াবা লৌনি য়াল্লু হে। ফদিগোম পাখোল লৌনি য়াল্লু চনাল, চয়িল লৌনি য়াললু, পানফুক পানফোই লৌনি য়াল্লু হে য়ানসে। মোরসি লাইফৌ লৌনি য়াল্লু হে য়ানসে। চিংফৌ তমফৌ লৌনি য়াল্লু হে য়ানসে ফৌরেল ফৌজাও লৌনি য়াল্লু হে য়ানসে। চজাক চাহৌ লৌনি য়াললু হে য়ানসে। ইপা লৌনি য়াললু হে য়ানসে। ইপু লৌনি য়ানসে। খুঞ্জাও লৈচাওনবা য়াললু হে য়ানসে। লৈপাক মরা তপ্পবা য়াললু হে য়ানসে। নিংথৌ পুনসিনবা য়াললু, হে য়ানসে। চাকহোং ঙাহোংনবা য়াললু হে য়ানসে। পুনসি নুংসাংলৌনি

য়াললু হে য়ানসে। হে য়াললো অহুমনা পাম য়ান্দুনা ঈসৈ সক্লা সক্লা পাম য়াল্লিভৈদা চী.দোন্দগী তাংখুননা সারাউ থারাউরকই। নুবাবীশিংনা তানা তানা পাম অহুম য়াল্লি। তাংখুননা নোংপোক চিংথৈ পাংলপনা খুলং ৭ পু সৈথারকপদা নুবাবীনা তারে। অহুদা নুরাবীনা ঈসৈ অহু তাসি হায়বদি ইকায়হুনা মতা খুৎলংসিংদা হায়রকই। হে খোইনৌ য়াংদৌরোই ঐখোয়না তরা চাকঙন চাহুনা য়োৎলৈ নোংথাংকুপ তেংপাক লালুসোই। মালেম লৈকন ভৌবা আসবু উরহুনা পোম্বীমরোলবদি খংদবনিনা চেক্লা পাউদম লৌঙমদবনি। মতম কুইনা ভাইজরক্লবা পামু মপাউ ফংখি-দ্রবু পোম্বী অবাকতম চেক্লাগী খোনথাং নাইনামক্তবু খোংবদি ইসাবীগী কোলোই মপাউমক্তবু পুরকপরা? পোম্বী নপাউ লৌ-ঙমদরেকো ইতারোই। চেক্লা নপাউ সেংনমক্তবু তম্বীয়ুনে ইতারোই। মতম অসিদা অহানবদা তাংখুলনা থারাউ- খিবনা চীংদোন্দ। মথংদা সৈথারকপা অসিনা চীংয়াইদা তাংখুলনা সৈথা-গদবনি।

## ঈসৈ অরাই অথুম

তাংখুল :— হা ইবেম্মা চীংসোং খনুদি লমলৈমা লমগী খুনুদি থারিকপী। চেক্লানা পামেন উকা থক্তবু তোংলহুনা হা ইবেম্মা চেক্লা খোনথাং নাইনামক্তবু খোংবদি ইশানৌ ইনেম মচা লমদম তাম্নামক্তবু লৈগ্রবীগী নিংঙোল ওইবীগী মপাৎমক্তবু সেংনা তম্মু-গবা ঐঙোন্দা।

মুরাবী : — ইতা ইবেম্মা পম্মৌগী পাসদি পামমন্দা পামেল সয়িই থেনজাবু মথক্তা চীংগী খুনুদি থারিকপী লমগী খুনুদি লমলৈমা চেক্লানা খোন্থাং নাইনা মক্তবু খোংবদি নিংঙোলসু লাইবক থিবীগী পামুবা মপাউবু পুরবকপরানে ইতালোই। ইসাবী মাঙ্গা পামুবা খোয়য়ুমগী মপোক লাংচাল্লকপামক্তবু ঙাইজবদি নোংইদাম থাসিং য়ামসিল্লকলে। লাংই কুমসিংসু মমগাওবক্লেকো ইতারোই। চেক্লাসু নপাউ সেংনমক্তবু তম্মুগবা ইতারোই।

তাংখুল : — হা ইবেম্মা সোলোই চীংজাউনিসু অরাংবা লংমাই রাংববু চীংদা নিংঙোলা তাবা চাকঙনমক্তবু চারহুনা লংমাই খুৎলং তবেৎ পুরহুনা য়োংলৈ নোংপাং বুপ্পুনা তেংপাক লালুসোই মালেম লৈকন তৌ সেলে ই লৈথোংনা কাংবদি হাউনা পানদোং যুকপবু য়োংলৈসু মসীং কয়া সুরবগেনে। ইবেম্মা নিংঙোলও নপাউ সেংনামক্তবু তম্মুগবা ইবেম্মা।

মুবাবী : — হা ইবুংঙো। তাংখুল সাবনদি হংপোক ! ইবুংঙো ইপলগী সেলোই চীংজাউনিদা চংশদা নঙন তরে হৈয়াই বাকচিং সাহু য়া গেল পোকপী চীংদগী হা ইবুংঙো, ইনাগী চাকঙনবু চারগা চরৈ লেংদোন য়ান; খুবোম হায়চৈ নোংনসিললে, খুদা হায়সি লোনসিললে। হাউদি অয়াকপা য়াংলৈ ভগি বন্ থক্লগা তিমেল খুত্তা পায়হুনা নপলগী নোংবা নশাল য়াইদগী অনুক্কী য়েন্দা তংঙনব-দগী খোংকাপ নাউরৈ থাংলকপানা খুদোল লান্না নৌরৈ হুল্লকপবু পাখংও খোংকাপ মসিং কয়া সুবক্লবগে ? পাখংও কোলোয় নপাউ সেংননক্তবু তম্বীয়ুনে তাংখুলগী সারমদি হাও পাখং।

তাংখুল : — হা ইবেম্মা। লংমাই মুরাবী নপল সেলোই নিক্কবরা নিক্কচীং, লংমাই হাগবরা হাদচীং, তেৎনৌ য়োৎপীসু গুইথা চীংদা, য়োৎলৈগী নোংথাং কুপ্পগা পাখংনা য়াংদৌ খোংদোই হুললকপগী, খোংকাপ নৌরৈ মসীংগামক্তবু মান্নরুরবোইদো ইনেম্মচা। হৈগুম হৈস্নুংনাইগন্নুসি লৈরাংগুম্না লৈচা খাইগন্নুসি হায়ববু নিংঙোলও নপাউ সেংনামক্ত তম্মুগবা ইবেম্মা। তাংখুল ও নোংমাই মুরাবী ও অসুম্না অহুলক কৌগনি।

মুরাবী : — হো তাংখুল কোকচাউবা নারাউবা করিগী মীবু পংকৌ কৌবা ওয়রবনো? ইবুং।

তাংখুল : — হে ইচল নংনা ঐগী মপাগী মপুগী লৌদা নংনা নোংমাই খুংলং ৭ পুথহুনা ঐগী মরৌ য়ানবদি করিগীনো? ইচল য়ানগনো।

মুরাবী : — হে ইবুং করিগীনো? ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌ য়ানববু ময়ুখরা থক্লগা করিগী পাঙাং ঙাংবা ওইবনো ইবুং। ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌনি য়ানগনি ইবুং।

তাংখুল : — হে ইচল করিগী পংঙাউ ঙাউবা ওয়গবনো? ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌনি নংগী নপাগী নপুগী লৌ নত্তে য়ানগনি। হে ইচল য়ানগনু।

মুরাবী : — হে ইবুং ঐদি ঙাসাইমখৈ নচনবু নুংসিবিহুনা নুপী মচানি হায়হুনা ফাগি তৌহুনা পংঙাং ঙাংনরা হায়ববু ইবুংগী অসিদি অওয়বা ওয়না হায়রবরানে ইবুং।

তাংখুল : — হে ইচল অওয়বানি য়ানগন্নু হায়পা অসিনি। ইচল ইপাগী ইপুগী লৌনি য়ানবা য়াদে। য়ানগন্নুকো ইচল।

নুরাবী : — হে ইবুং। ইবুংনা পঙাং ঙাংবস্থ য়াবরা? ইবুং ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌনি। ইবুং নচল ওইবীস্থ য়ানিংদে য়ানগনি ইবুং।

তাংখুল : — হে ইচল য়ানগন্নু হায়বা য়াদ্রবদি তানা থিনগনি। ইচল তেন্নস্থ কাপকনি ইচল য়ানবা য়াদে। য়ানগন্নুকো ইচল।

নুরাবী : — হায় তাংখুল কোকচাউবা নারাউবা! নংনা ঐবু মীগী মরো য়ানববু য়ানগন্নু হায়বা য়াদ্রবদি তানা থিনগনি তেন্না কাপকনি হায়বা অসিবু নুপী মচানি হায়হুনা পংহাই হায়ববা ইবুং য়ানগনি।

তাংখুল : — হে ইচল! নংবু নুংসিহুনা ফাগি তৌবনিদা সাউগন্নু ইচল। নংবু নসক অসি উবদা মবুংদি মখোং থাংহুনা চৎপবু চৎনিংদেদকো ইচল।

নুরাবী : — হে ইবুং হায়গন্নু। মনা সাই হায়গন্নু ব্রাখোং চংগেরা ইবুং হায়গন্নু।

তাংখুল ; — ইচল নংগী চেংলৌ নসক অসি উবদা পায়মা খোয়চংখ্রেদা তিললাং খোয়দাখরেদা ইচল! করিবু তৌগদবানো ইচল।

নুরাবী : — হায়গন্নু হায়গন্নু ইবুং! ঐগী পায়মা খোয়চংদে তিললাং খোয়দাদেকো ইবুং। অদুবু নচল ওয়বিনা কোলোই পাউ হংজগেদা ইবুং!

তাংখুল : — করিনে। ইচল ! কোলোই মাস্থ মদোমদেদা ইচলনা হায়নিংবদা হায়য়ু।

নুরাবী : — ইবুং নংনা মৈতৈ তম্পাক্তা কুমলকপবু করি তৌবা লাকপনো ? করি থাদা কুমলকপগেনে ইবুং। অদুগা করি কার পোৎ পুবকপগেনে ইবুং। নচল ওইবিদা কোলোই অমুক্তা পাউদমবিযুদা।

তাংখুল : — ইচল নবুংনা মৈতৈ তমদা খুনকুমলকপা অসিদিকো থরান থাগী থামিনা কুমলকইদা ইচল। অদুগা মৈতৈ তম্পাক্তা কবিস্থ পুনি চংই লৈতে। অদুনা পানদ্রেং হাদ্রেং খরাগা হাকুমগী পানমন্দা পালনবা হৱাই সিংঙেল খরাগা পুদুনা লাকই। অদুগা ইচল ঐনা মৈতৈ তম্পাক্তা লাকপদি ঐগী মোমন্থ তালোইগী চরৈ ফবান্দ হাপ্পবা হিগোক কুমল, খরস্থ লৈগে অদুগা হুইবি হুইনাও খরস্থ লৈগে হায়দুনা মৈতৈ তমপাক্তা খুনকুমলকপনিদা ইচল।

নুরাবী : — ইবুং অদু ওইববদি ইবুংস্থ মৈতৈ তমপাক্তা চংলুরো নচলস্থ পাম য়াল্লমগে ইবুং।

তাংখুল : — ফরে ইচল চংলে। (মতাং অসিদা তাংখুলনা খরা চংলুবগা নুরাবীনা পাম অমুক য়ানবা, তাংখুলনা নিংঙমদনা হল্লকপা) নুরাবীনা পাম য়ান্দুনা লৈরম্বদা তাংখুল্লা পাম য়ানবা য়াদে (হায়না অমুক থিংলবা)।

নুরাবী : — হে য়াললে হে য়ানসে (হায়না পাম য়াল্লম্বা খুংলং ৭ কা লোইননা)।

তাংখুল : — হো নোংমাই নুরাবী ! করিগী পাম য়াল্লম্বনো ? য়াদে, হো য়ানগন্নু ইচল (হায়না ময়াম্বু তানথোকপা)।

নুরাবী : — হে ইবুং। মীনা লৌ য়ানবাবু য়ানগন্নু হায়বসিবু করিগীনো ? মৈতৈ তমপাক্তা চৎলুবদি হল্লকলত্রা ? করি কবি পুরকপগে ইবুং।

তাংখুল : — ইচল হুইবি হুইনাউস্নু ফংদ্রে ইচল, করিস্নু পুরক্তে নংগী তরা চয়োম অতু খরা চাসি অতুগা রাংলৈস্নু খরা পিথকউ ইচল।

নুরাবী : — ইবুং নংগী তরা চয়োমদি পুরক্তে, ঐগী ইসাবীগী তরা চয়োম খরদি য়াউরি, নংনা চাবদি য়াদে।

তাংখুল : — ইচল নংগী নসাবীগী তরা চয়োম অতু চারসি, ঐস্নু মবুক অসি য়াম্না লামলে ইচল।

নুরাবী : — ফরে ইবুং ! তরা চয়োম অসি চারসি। (মতাং অসিদা তাংখুলনা নুরাবীগা চয়োম অতু চানিংগনি, খুৎলং ৭ স্নু য়াওনা চাগনি, রাংলৈস্নু পিথক্নি। অতুগা তাংখুল অতু রাংলৈ ময়াই কারে। নুরাবীস্নু অমুক লৌ য়াল্লসি হায়না পাম য়ানবা হৌগনি। তাংখুল্লা থিংগনি)।

তাংখুল : — নোংমাই নুবাবী খালৈ পাম য়ানগন্নু য়াদ্রবদি তানা থিনগনি। অতুগা ঐগী লিগী খুদোপ অমা নঙোন্দা লৈহৌবা অতুস্নু পীরো ইচল ! য়াদ্রবদি তানা থিনগনি ইচল।

নুরাবী : — ইবুং নংগী লিগী খুদোপতি খংদে। ইবেন কোন-সাবিদা হংঙু।

তাংখুল : — হো ইবেল কোনসাবী ঐগী লিরেনগী খুদোপ লৈবরা থরা পিয়ু। খুৎলং ময়ামা লৈতে, ঐখোয়দি থংদে।

নুরাবী : — ইবুং ঐনা থৌবান তুরেন্দা লোংখোনবা চৎপদা লিগি খুজি অমদি খুললি। অসি নংগী মানবরা য়েংউ? ওইরবদি পুজখো নংগী নত্রবদি থংদেকো। ঐনা খুনবদি খজিনি, খুদোপতি খুনদে ইবুং।

তাংখুল : — ইচল ঐগীনি পীরো। খুৎ থিংজিন্দুনা য়েংবদা চানরে হায়ত্নুনা লৌগনি।

নুরাবী : — ইবুং নংগী নপোৎ ফংলবদি নয়ুম মোংবা নরাল য়াইদা য়াংদৌ খোংদোই হুনখরো ইবুং।

তাংখুল : — চৎলোই ইচল। ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌনি য়ানবা য়ানদে য়ানগন্নু। তেন্না কাপকনি য়ানগন্নু, য়ানগনি।

নুরাবী : — হে ইবুং! ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌ য়ানবদা তাংখল নংনা য়ানগন্নু তেন্না কাপকনি তানা থিনগনি হায়ত্নুনা থিংলবদি ইপা "মৈতৈ লম্বু" কৌগনি। ৱায়েন হনগনি। কৌগন্নু ইচল ঐগী লৌনি য়ানগন্নুকো ইচল। ইপা মৈতৈ লম্বুনা ঐগীনি সোয়দনা হায়গনি য়ানগন্নু।

নুবাবী : — হো ইপা মৈতৈ লম্বু! ঐনা লমাই খুৎলং ৭না ইপাগী ইপুগী পাম য়ানববু তাংখুল কোকচাউবসিনা মাগী মপা মপূগী লৌনি য়ানবু য়ানগন্নু হায়না থিংলে। ইপা মৈতৈ লম্বু খবা ৱায়েন-বিয়ু।

লম্বু : — তাংখুল নংদি করি খুন্দা পানবগে? অত্নুগা নংগী

পলেম পন্থোনা কোলোই মমিং করি কৌবগে হায়য়ু? অদুগা পলেম পন্থোগী খালৈ পামলোচানি হায়বনা খংনবা খুদম করি লৈবগে হায়য়ু?

তাংখুল : — ইপা মৈতৈ লম্বু। ঐগী পলেম পান্থোগী কোলোই মমিংথোন হায়গদবসিদি নংবু নুংসিদা। মতম কুইনা সজিক মতুং ইনখিবা থাবা মমৈ ৱাইখিবগি কোলোই মিংলেন্দি হায়ববু হায়নিংদেদা ইপা মৈতৈ লম্বু। অদুবু হায়য়ু হ য়রবনিনা হায়রগে তাবিয়ো। ঐগি পলেম পন্থো অনিগি মমিংদি : — হুম্বুং লান্থবা খুললাকপা, শারম লিনখ্বা কৌই। অদুবু ইপা মৈতৈ লম্বু চীংবু রোইনা খংনবদি খুল্লাকপা খুল্লাকপী হায়না খংনৈনে। ইপা ঐগী ইমিংনা লম্বা চরুবে হায়না কৌই। অদুগা ঐগী ইপানা উ য়ানবদা সিংচ তাখিবগী মখুল কুণ্ডক তৌনা লৈরিবা অসিনি। ঐগী ইমাগী, ইপাগী, ইপুগী লৌফমনি। অদুনা ঐগী লৌনি হায়বনি ইপা মৈতৈ লম্বু।

লম্বু : — নোংমাই নুরাবী! নংগী পলেম পন্থোগী কোলোয় কার কৌবগে হায়য়ু? অদুগা পলেম পন্থোগী খালৈ মরোচানি হায়বা খংনবা করি করি খুতম লৈবগে হায়য়ু? নুরাবী নংগী কোলোই মমিংনা করি কৌবগে হায়য়ু?

নুরাবী : — ইপা মৈতৈ লম্বু ঐগী পন্থো পলেনগী কোলোয় মমিংদি সেলোই নিঙ্কবরা নিত্ত চীং লংমাই হাগব্রা হাদাচীং ইপনগী মঙন তরং হৈয়াই ৱা বা চী দা পাল্লম্বা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংসোম্বা চীংসোম্বী অনিগী মমোমলোই চীংগী মচা ইনৌবী তমগী মচা

নানৌবী সেলোইস্না চিংজারোইবী হায়বদু ঐনি। ইপা মৈতৈ লম্বু ইপানা ইমানা উক্রোং হোংদৈদা সন্দংগী মচি অনিগা ইরোই মচি অনিগা ফুম্বগী তোংতক তৌনা লৈরিবা অসিনি ইপা মৈতৈ লম্বু। ঐগী ইপাগী ইমাগী লোফমনি তাংখুল খাল্লে মরৌচা নত্তে ৱায়েন চুম্না য়েনবিয়ু ইপা মৈতৈ লম্বু।

নুরাবী ঃ — সেল্লোই নরৌচা লংমাই নরৌকোল অসিদা কব্রি থাবগে হায়য়ু ?

নুরাবী ঃ — ইপা ঐগী খালৈ ইরৌচাদা খোংহুম মাইরেন থাবস্থু তাংখুল সাবম পাখংগী পামদা মরি চত্তুনা পানখ্রে।

লম্বু : — সাবম পাখংনগী খালৈ নরৌবেল লংমাই নরৌচাদা কবি করি থাবগে হায়য়ু ?

তাংখুল : — ইপা মৈতৈ লম্বু ঐগী খালৈ ইরৌচাদা তোর-পোং থাবস্থু সেবোং থাবস্থু নুবাবীগী পামদা মরি চত্তুনা পানখ্রে, ইপা মৈতৈ লম্বু।

লম্বু ঃ — অদুদি নখোয় অনিগী নহাল মপোক লাংবোল অমগী সরি নামুং সোন্নবা, নিংনা কিসি পরৈ হন্নাবাবু লৈব্রা ? পামগী খুদম লৈনবা অসিনদি ? অদুনা নবিঙভা ঙমজা ৱাহৈ তান্নবগনু সোলোই মহৈ চুম্বা লংমাই মবো হকনবাবু পাম য়ান-মিন্নরো।

তাংখুল : — ফরে ইপা, মৈতৈ লম্বু ! ঐগী মপূকতি য়ানিংলে অদুবু নুরাবীগীস্থু হংবিয়ু মানা য়াদ্রবস্থু ঐনা য়াই। মানা য়ারবস্থু

ঐস্নু পুময়া য়াখ্রে ইপা।

লম্বু : — নুরাবী নংস্নু পাম অসি পুন্না য়ানমিন্নরো, চাকহোং-নবা য়াললো, কুমজা মহৈবু চুম থাজা মবোংবু হক্লবব য়াললো।

নুরাবী : — ইপা মৈতৈ লম্বু, নমোমস্নু য়াগে হায়ববু ঐনা খংনিংবা অমত্তং লৈয়ে। তাংখুন্দা হ বা য়াগদবা ? অদুনা চুম্নরবদি ঐগী মপুক য়াইয়ে। হৌজিকস্নু হবদি য়ানিংবা ওইয়ে। নুরাবীনা ইবুং নংবু কোঙৌ পঞ্চিনববু য়াউববা হায়না হংববু হে ইচল নং করম্না খংবনো ? হে ইবু, ঐদি অদু য়াওদ্রবদি য়ানিংদে। হে ইচল য়াউরি অসিরা ? ইবুং মাননি। ইপা মৈতৈ লম্বু ঐস্নু য়ানিংলে।

লম্বু : — খুনচাউ লৈচাওনবা নহৈ মরোং চুম্নবা পাম য়াললো হায়রম্লগা লম্বু চংখিবা।

ময়াম্না : — হে য়াললো, হে যানসে হায়না পাম যানবদা উনা খোইনা চিক্কুনা তাংখুলনা নৈবা চি তুনা খোই লোকপা, পুক পাইদুনা মথি ফাইবা।

খংবিগদবা : — ঈসৈ অসি খুৎলং ঈসৈ ওইনা সক্কনি ! মমৈথংদা ৱারী সাবগী মওংদা চথবক্কনি। মসি লোইবগা লৌ অমুক ৱান্দুন মাইবনা কে মরু ছনগনি। ময়াম্না অমুক মরু ওনগনি। মথংদা লাইমাংদা লৌকা ঈসৈ সক্কনি।

চিংঙু ইবুংঙো খোয়য়ুম ইবেম্মা অনিগী নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবনা চহিগী চবোং চুম্নবা খুনজাও লৈচাওনবা লংমাই নুরাবী ৭না থালৈ লৌতারুববু কুমসিগী চহি কুমদগী ওল্লকপা চহি কুমজানা মহৈমরোং

চুম্বা লনকুবিরমউ হায়না চিংঙু ঙাংলৌ খাদা কয়বী কয়রেন থনববু পিনবীরমউ ইবুংঙো। চিংঙু ইবুংঙো নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবদা চিংঙু ম্নাব্রা পুনসি চরৈ লনথাইবিরমউ ইবুংঙো। খাললৈ লৌকা তমজবদি মতিল মকাং পুম্নমক নোংলেম খানা পাংবারমদা খৈবিরমউ ইবুংঙো।

(মতাং অসিদা লোইনা লৌকারগনি)।

## সঙলেন মাইবীগী লাইহৌরোল

হুম হুম হুম। লৈহৌরোল লোন মঙামক লৈমুরোলদিই লোন তরুকমক লোইবু খোইরা আ আ মরূ নুংগী তোংনিংদনা লৈসং পানগী থমনা লারাক পানগিই চমুনা চঙৌপানগী হুপলাং নাপা নুঙগি হারানা লৈয়েং খাগি হাউনা আ লিরিই লিরিই মায়-গৈদনা মরিমক সিংগাইনা হুম্ফু মাথোইমক্তগিই খুৎলৌদনা কাইবি সনা কুম্থ্রামক্তগী হাউনা আ গুরু লুরূউ লুরূউ মালেম লৈখারোন তরেংমক্তগী গুরু ইমা ইবেম্মা তেখৎপিরকলোও। লৈমারোল নিপাল-মক্তগী গুরু ইবুংঙো তেথাবিরকলোও। লৈবাকপু ফা ইমা হায়না তাইরনগে। নোংথৌবু খুং ইফা হায়না তাইরনগেনা। খুং সো ম্রো মানদিন হুয়ে লৈরোন নোংলোন তহুম্মক্তগী হুয়ে বুরু দিন দিন চিংঙুনা নারকসিং অরাংবা মিরাই মানা কাঙমদবা পোংলাইবানা কাঙমদবা পুংমায়োন খাবিনা ইরা লুকনা কাজরকই। ইপননা থারুক অসৈবা থাবানা ঙাংখোমনরিবা অয়ুকনা য়েন্দা অঙনবা পেনা থাদা পল্লহুনা সমৈ অনি কারননা চৈজিংনা য়েৎলম পায়না ইন্নুংবা

চীংখোং লুক্ক য়াগা কৈরকলেদো। ইপন্দনা মদোম কৈরমদে খাবিনা ঐস্থ ইপন্না হৈনা নতুং ইনজরকইনা সানানা লাংজেং মমৈ ৱাইজবকই। থোংজিনা ঐবু নাতৈ কাংজরকই। চামলৌনা ঐবু লাথারোই সিংঙেন ঐবু চারা নাপোম সাৎচরকই। থাকল থারাক মৈনা হায়জরকই। নিংথম ফৈক্সপ ফিজিতোন মপান ৱাইনা কাংজরকই। চোম্লাং মনাম কাউবি অহনবনা পাউৱোনবিয়ু সিংঙেল লৈবাং অমনবনা পাউৱোক্নবিগানো। সিংঙেল ঐবু লৈহুনলোই লৈরাং অমনবানা পাউৱোকনবিগানো। সিংঙেল ঐবু লৈহুনলোইনে, খাৱি ঐদি লাথারোইনে। পালেম ইবেম্মা লোইসং ফালুনুং হিরুদনা তেমাই থিৎলিবি চেগপন। মরু মনুংদা ফমফমনা ৱায়েনরিবী পলেমগী কোলোই ময়াথং অথুম্ববু কোবৌ নোংদা কাঙমদা মালেম লৈদা তাঙমদবগি তাজা ঐবু শুদা থোংজরকই। সরেনরোইনা খঞ্জরকইনা সরিক ঐবু পাউখোললোইনে। নু সি চরৈ ফিবাল কাংজরকই। কোরৌ ঐবু সুংদাইরোইনে। অহিংনা কাংবি হুম্মাইরোইনে। খচিক থকপা নৌনা হুমবানা পলেমগি মদাইবেম ঐবু হাউনে তরাদনা ঐবু চাকমাং চাবকপিনে। লৈকায়দনা খাম্বী মৈমাং তোইনারকপিনি। পলেম ইমা ইবেম্মা মালেম লৈবেনহনবিস্থ খোইদৌনা লেম্ফু মরু মনুংদ ফমফম ৱায়েননাবিরো। খাবি লৈয়েং থক্তা ফমফমনবিররো। তাংজা লৈতোন থুরৌ চেলহনবিনো। হা নবুরেন খোয়য়ুম সিদবা ঐবু লৈয়ে। চিঙু ঐদি (লাইমনিং) তাইবং মিৱারেল খাইরমখিগে হা তাইবং ইঙ্গুংয়াই।

থংবিগদবা : —(মসিগী মতুংদা লাইপাউ চেনগনি)।

# লাইমাং ফম্লিৎউদা ফৌ সুবা

লাইমাং ফমদুনা লাই পাউ চেনবগী মওং তৌরিৎউদা য়াম্না তানচানা সরিককা কোম্নবা ঈসৈগুম্বা লাইরোল অমা সকলকই। মদুবু লাইনা ফৌ সুবনি হায়না খংনৈ। লাইরেম্বীনা তোংলগা মতম অদুদা ফৌ সুরকই। মদুদি

ইংতে ইবুংঙো রাংলেন কৈরুংহনবগী চংবি মকৈরেন্দগী লোইমোম ফৌবু খাইরগা চেংজা মাইঙৌ তাললমগে। লোইমোমনা ফৌবু সুরমগে। খাংচেৎনা মচি নাইদুনা চেংজা মাইঙৌ তাললমগে! নপেম্মদি কো হো হোই চিংদা লৈরে হাউওইবি তমদা লৈরে লাই-ওইবী ইদুনা নোংথাং লৈমনে। ইয়েংনা পাম্হোইবীনিনা ইরানা লৈমরেন ওইবিনি। ইখোংনা হাউখোং তাবিনে। ইনমনা হাউনম নম্বীনে। লাইফিন খাংদোম সেত্তনা উথাউগী সুক্তি নামিবী মিসিগী সুম্বল মাইপাকপী লোইমোম কুরোল হুরমগে চেংজানা মাইঙৌ তাললমগে। রাংলৈ য়ুবু সুংনবা নপেম্মা তামা হোই হোই।

খংবিগদবা : — অসুম্না ফৌ সুবগি মরোল অসি তৌরকপসু য়াউই।

## সরোই মমিং

(১) মপুদি নিংথৌবারেন কৌই। (২) উঙাবেল (৩) লাইন্নাবা
(৪) লাইসোকলেন (৫) ইথিংবা কৌই।
(১) লাইফানবি (২) লাইয়াবি (৩) লৈসাতাউ (৪) লৈখারোন

(৫) নোখারোল (৬) পিরিংন্নু (৭) পিখোমন্থ (৮) পাসাতাউ কৌই।

(১) মিংখাবা (২) খাকসৌবা (৩) সিংসৌবা (৪) সাকৎপা (৫) রানকৎপা (৬) উচুং উরায়াং (৭) সাতৌ সেলি (৮) লোং-য়াউবা (৯) তিংগা (১০) সাতিং (১১) কারিক (১২) সম্থোং রা খাইচেং ১৩ খাইচেং অহনবা কৌই।

(১) চুপথোইবা (২) লাইরোংবা (৩) লাইবু চিকপা (৪) নংবু চিকপা (৫) মিকপ লাক নেংথুবা (৬) নোংচুপ মিরারেন ফোইথুবা (৭) মিকপলেন কপথাবা সরোই মপুদি থোংলেন ঙাবেন চিকথবা কৌই।

(১) পোংথাংলেন (২) তুথাবা (৩) লৈকক সাবা (৪) মানসাবা (৫) সজি ময়াবা (৬) মালাখোম তাউ অসিনে। সরোই মপুদি কৌবরেননে মমিংদি তুংদে কৌই।

(১) হুককারি (২) সাংডারি (৩) মোন্দারি (৪) সাকাপলোং (৫) রাহোইরাং (৬) পাখুল (৭) হায়কাপা। সরোই মপিগী মমিংদি ওং সুরং মাকতিং কৌই।

(১) চিংন্নু (২) থমন্নু (৩) রাইখাইচে (৪) কাপ্পাবং (৫) পঞ্জেং-হাই (৬) লৈকুপ লাংবা। সরোই মপুগী মমিংদি চিংথে খমচিরেং নানৈবা কৌই।

(১) চিকাইবা (২) মানচিবা (৩) কাইবিরেং (৪) লৈবুতক (৫) লাইবুসাং (৬) তিনবুচেং (৭) লাইবুচেং কৌই। সরোই মপুগী মমিংদি মিচিরেং নোংপোক অচিবা কৌই।

(১) সাকাকপা (২) লাংকাকপা (৩) মরিবা (৪) লৈচিকপা (৫) সাদোকপা (৬) বাইবা (৭) হায়কুরেং অসিনে। সরোই মপুগী মমিংদি হেকে কালি কালুক অয়াংবি তাংগোইরেন কৌই। (১) কাকলাউবা (২) কাকস্রাওবা (৩) পেংস্রাওবা (৪) পুংস্রাওবা (৫) লৌসি লাম্বুবা (৬) মাথাকোই (৭) থাগোই অসিনে। সরোই মপুদি ফামমিং লোইবা কৌই স্নামহিনি।

## লাইপুংথৌগী মমিং

লাইপুংথৌগী বা হায়গে :—লাইয়িংথৌ অপানবগি কংলাগি লাইপুংথৌদি করিনে, করানে, নোংতমপানে, অরাং অতমপানে, নোংতমপানে, বুকোংলেননে অসিনে।

## লৈসেমচৈঙগি লাইপুংথৌদি :—

অমুচারাপা, লয়কারেমপা, নোংকারেমপা, সিনকারেমপা, পিসিনমু বানেলপা, তৌরেল খুবা, তৌরেল হলবা, বুরেন খুবা বুরেন হনবা, নোংয়াই চারিবোনবা, খোম্মা, য়োংঙা, চৌরা মপান ফুকপা, মানখোমতাউনে।

## লংমাইচিঙকি লাইপুংথৌদি :—

চিঙসাপাতি, য়াঙবানে, কোনথাংনে, লোকলেম, লাললেম, লোকতু, খোমতুপিরুক, পিরাই, নেমতা, হাথো, ফিকুপলেল, য়িরুংলেন,

সামপা ,সাংতোল, য়িরোনখাং য়িরাইরা, লায়য়িংথৌ মিৎ মরু মাই-মারনে, য়ারাদি লাইয়িংথৌনে কোনখাংতি লায়রেম্মানে অসিনে।

## মারজিংগী লাইপুংথৌদি : —

নেমতা, সোইতা, ঙাইনিঙসিং, ঙাইকপলাক, থেপা, রোংসন, কাঙসন, চিরোং, কামু, চিরোং লমহাই, চিরোং লমসন, পোংখু পোং-লেন সাংবা, খুলমা, খুলচিঙ, জারিপা, খোমলেন মৈনাইবা, য়ুমসাং-পা, তেলমৈপা, তাইমৈপা অসিনে।

**থংবিগদবা :**—থাংজিংনচিংবা লাইসিংগী তোঙান তোঙানবা লাইপুংথৌসিং লৈ। মরু ওইনা খর খরদং পঙ্গবনি। মসিদা পাক চাওনা নৈনবা তারবদি লাইরিক চাওমনগ্রগনি থন্দুনা নৈনজদ্রে।

## উমং লাইগী হৌরকফম

অতিয়া সিদবগি সমু হকচাং কায়াৎ মাপলদগি উমং লাই মাপল পুথোকখি। মরম অতুদগি উমং লাই মাপল অসি মরু ওয়না সিং-থানরি : —

১। লাইনিংথৌ হনবা মিৎ য়েত্তগী পুথোকয়ে।

২। মিৎ ওয়দগি মুরা নিংথৌ পুথোকয়ে।

৩। নাকোং য়েত্তগি মোংবা হনবা পুথোকই।

৪। নাকোং ওয়দগি নাউকন পুথোকই।

৫। নাত্তোন য়েত্তগি চাখাবা পুথোকই।

৬। নাত্তোন ওয়দগি কৌবারেন পুথোকই।

৭। য়াদগি খমলাংবা পুথোকই।

৮। ঈসিং থোংদগি লুৱাং পুনসিবা পুথোকই।

৯। পেৎ থোংদগি মারজিং পুথোকই। অসুম্না অতিয়া সিদবগি হকচাং কায়াত্তগি উমংলাই মাপল অসিবু পুথোক্কনা মথং ২ সনথরকপা অসিগি লাইরোল অদুবু উমংলোন মাপল হায়না কৌই।

## উমং লাইগী চবোক

| লাইগী মমিং | লাইনা লৈবা মাইকৈ | মচাগী মসিং |
|---|---|---|
| ১। লাই নোংপোক্ | নোংপোক্তা লৈ | মচা অমত্তনি |
| ২। নোংচুপ অরিবনা | নোংচুপ্তা লৈ | মচা মাপল পোকই |
| ৩। খানা চাউবনা | মখাদা লৈ | মচা তরেৎ পোকই |
| ৪। সোরারেন্না | অৱাংদা লৈ | মচা মঙা পোকই |
| ৫। কৌব্রুনা | লিকলম/লাইজিদা লৈ | মচা মাপল পোকই |
| ৬। ৱাংবরেন্না | মৈরমদা লৈ | মচা মঙা পোকই |
| ৭। থংচিঙনা | সন্থোংদা লৈ | মচা তরেৎ পোকই |
| ৮। চিঙথৈনা | নোংপোক/লাইজিদা লৈ | মচা মাপল পোকই |

৯। য়াই মরদি থুম্বা ময়াইদা লৈরে খৎও।

## মিংথোল লাংরোল অমসুং ফমলোন

লুৱাং পুতাংগোইনা নোংথোনপা ওয়য়ে

পাখংবাবু য়াহৌরে। হনচিংদগী মী ওয়না লাক্তনা ফম্বাল কারে।

নোংথোনবাবু ৱাকোংহল্লে হায়বগি ৱাকোং নোংথোনবা কৌরে। মহাক্না নৌনা সিরে সিলনৌ কৌই। অতুগী সিনৌ নোংথোন কৌই।
ৱাম্থিরে হায়বগি য়িৱাল কৌই।
সজিক্তা চংখিরে—নোংদম খুবা কৌই।
অসি খৈবিকপু কুমলে হায়বগি কুরুমলেন মৈনাইবা কৌই।
অমারক হনথোরক্কু না য়েংলৈ হায়বগি কুরুমলেন মৈনাইবা কৌই।
মী ওয়বা অসিবু ফরবরা য়েংগে থাংগৎলকয়ে পোংথাং কৌই।
অমারক হলথাখিরে পোংহল কৌরে।
লৈবা খিবিক্কী মহৈ মরোং সেমগে হায়না ইনথোকলকয়ে হায়বগি হৈরোংলেন লোংচুম্বা কৌই।
সেমলম্বা অসিবু মহৈ মরোং মাংদনা লৈরে হৈরোংঙাং কৌই।
ৱাগে ইনথোকলকয়ে থোংঙারেন কৌই।
অমারক তাইবংপানবা অসিবু ফরবরা হায়না কোইনা পোইনা য়েংলময়ে হায়বগিবু মাহাকপু পোইরৈতোন কৌই।
ইৱাৎ থৌনিবু ভম্বীগে থোকলকলে সিংতাপুং কৌই। মপা ওয়বগি মসক মাননা থোক্লকলে হায়বগি মাহাকপু পামিংনবা হায়না কৌই। তাইবংপানবা অসি খৈবিকপু মথুল থিগে হায়না থোক্লকয়ে লুৱাং খুনথিবা হায়না কৌই। অসি খৈবিকপু পুমনা সেমলমই হায়বগিবু ইপু লুৱাং পুনসিবা কৌই।

## হিজিং হিরাউ

হিচিং হিৱাউ হায়ৱগা খংনরিবা মাইবগি সৈসক অসিবু

উয়াল্লোন হায়রগস্থু অতুম মখংনৈ। উ থিহুনা য়াম্নবা অহিং লেকপ-দগী উ থেংনহুনা য়ানবা ফাওববু 'উ য়ালোন' সৈসক কৌই। অহুগা উ য়াল্লবা মতুংদা চিংবা ঙমদ্রবদা উগী উরোন সৈসক সক্তুনা হি সানবা উ অহু চিংবদা লেংবা ঙমলমদবা অহুবু ইয়াং য়াংনা লৱাংগী ময়ুম নাক্তা পুহুনা চংখিবা মতাং অহুবু "হিচিং হিরাউ" কৌই। হায়রিবা উ অসি কদায়দগী করম্না হৌরকপনো? হায়রিবা ৱারী অসিগা কোম্নবা লমমিংলোন পুয়াদগী লম লমগী মমিং থোঁনখিবগী ৱারীস্থু লৌখংলি। অস্থুম্না হিচিং হিরাউ উয়াল্লোন সৈসক হায়না সৈথান-রিবা অসিগী অহানবা হৌরকফম ৱারী মখাদা পীবি : —

লমদেং হায়বা খুল অসিদা লাঙ্গোল চীংগী চীংয়াদা খোং অমা তুরেল তম্না চেল্লিবা অসিদা লুৱাং সলাইগী মনুংদা চাউব্রি কৌবা মুপা মচিল মনাও তরুক্লা খোং অহুদা সোয় চাহুনা ঙা ফাবগী থবক তৌরমই হায়বগী খোং অহুগী মমিং "চাউব্রিখোং" হায়না কৌখি। মু বাল চাউব্রি সোই সেনবা চাহুই ওয়ানবা তরুক্লা অহিং লু সংহুনা লৈবা মতমদা খোংচোংমুবি মচিন মনাওস্থু লাক্লুনা অহিং লেকমিন্ন-বদা খোংচোংমুবি মনাও ইতোন তোনবিবু, লুৱাংগী পাখং ময়াম্বা অহল চাউব্রিনা হৈরাং লোঞ্জানা তাউজিং লোনহাইনবদগি খোয়চি খোমথা মিহুল-তম লাক্লৌ ফিয়াল তোই, কুমশিং নাউপুরে।

মুংবাল চাউব্রি সোইসেনবা মচিন মনাওসিংনা খোংচোংমুবি মচিল মনাউসিংদা হায়রকই। খোয়নৌখোয় নখোয়গা লোইননা কোরৌ নোংকামিন্নসি! ঐখোয়দি পম্হৌ পলেমগি চেংলৌ সক উম্নরুখিগে। ঙসিগা থানা কোরৌ মুমিং মঙানি স্থুবদা লাককে।

খোয়নৌ নখোয়সু ঙাইরমউ। অতুগা কোরৌ নোংকামিন্নসি হায়না সিংনাং মতাং থেকনা কোরৌ সিংথান্নরমই হায়বগি লম অতুগি মমিংবু লমলেন "সিংথাও" তৌনা কৌই। অসুম্না সিংথা তুরেলগি লাইজা মথিনাই ইমু মরাং হৌনা ঈসিং চাউবনা লানবা য়াদতুনা হায়রিবা নুমিৎ মঙানি সুবদা নোংবাল চাউত্রি সোইসেনবসিংদি চন্দ্রে।

অসুম্না চন্দ্রবদা হায়নখিবা মতুং ইননা খোংচোংনুবি তরুকমাদি সামবা ইরোইতম ইমু খোংগাউদনা কোরৌ নুমিৎ মঙানি মথংলেন মমান মচা নুংবাল অতামবা সোইসেনবা চাগুই ওয়ানবা তরুকমকপু ঙাইরমই। লৈমা তরুকমকনা সামবা ইরোই তমলমই হায়বগি তুরেল অতুগি মমিং লমলেন "লৈমা খো ৎ" তৌনা কৌনখিয়ে। অসুম্না নুংবাল অতাম সোইসেনবসিংনা লাক্রবদা মাংদা লোইবি চিঙ অমা লৈবা অতুগী চিংদোন্দা কাতুনা মচিল মনাও তরুক্না মথংলেন মমান মচাবু লাকপ্রা হায়না হন্না য়েংলমই হায়বগি কৌবা হনয়েং চিঙ কৌবদগি পোইবৈ তাবনা য়িঙেন চিঙও তৌনা কৈ এ। কৌবা ইঙেল চিংদগী মখা থংবদা সারুম চিংদোন য়োরবদা খোংচোংনুবি তরুক-মক্না কোরৌ নোংপারসি হায়না থন্নরকপদা ইতোন তোনবী অতুদি নুংবান চাউত্রি সোইসেনবগা হৈরাং লোনজানা তাউজিং লোনহাইনরু-বনা খোইজি খোমখা মিহুল লাং লাকলৌ ফিয়াল তোই কুমসিং নাউ-পুরে। মরম অতুনা খোয়নৌ অতোনবি নঙদি কোরৌ নোংকাবা য়াররোই লৈহৌরো হায়না খোংচোংনুবিসিংদি নোংগাখরে। খোয়নৌ অতোনবীনা মপারি অমা পোক্লে। চানা লমথাংচৌনা

নাৱা খোয় লেনখিয়ে হায়বগি লমলেন "খোয়রেল খুলও" তৌনা কৌই। পোয়রৈ তাবানা লমলেন খুরু খুলও তৌনা কৌই। অসুম্না মপাবি থাদা পল্লগা অহিং তাংলৌ লৈনাথেং নোংয়াই চবুক-লোনবা মতমদা পলেম মমানা মপারি নাৱা অপিসক্তা পাউমেল্লকই। ইমাগি ইবুংঙো নাৱা চাউদবা নপল পন্থৌবু ঙাইবসু লাক্তরে। ইমানা কোলোই পাউনেনগে। চিংঙু ইমান্নবা খোয়য়ুম ইপিচাগি মাংদবু নপল তাংসক্তা পন্থৌ চে লৌ। সকথংদবর তাংজা মাইথুমলে। ইমাগি ইবুংঙো লোইবি চিংদা ওনা তলা উরেপ ওয়ও। পামেললক্তা তিল্লুৱো হায়না পলেম থৌতিক খোনগি হেকঙাই পাউচাউ ঙমদবগি হোয়য়ারে। মপারি নাৱা থৌনিঙমই। তলালক্তা তিন, পামেল্লক্তা উসিং চল্লবদি পামেল অচম্বা তলা লেংদা ওয়নিংদে। পামেল উনিংথৌ নাচম্বা তলা চাউদম্বা পামেল সাংদম্বা তময়া লোকমাই হেনবাবু ওয়না সাইরোলশুগে হায়ববাবু মপাল পলেম মমানা মপারি নাৱা অপিসক্তা পাউংশাখিয়ে হায়দবরা?

ইমাগী ইবুংঙো নাৱা নংবু তলা ওইনা সাইরোলও হায়ববু তলা নংবু চাউদমলুগনু। পামেল নংবু সাংদমলু—গানে। তলা মনবদি ফংত্ত নগ্ সিংথে চংগনি। তলা নৌনা পুন্সি কেমতোক্কনিয়ে। তলা নংবু সৈই, কুহি উপল, তাইমাবেল, উখোক থাংখোক মিসি থাংয়াল তলমু তলহাউ পরেং নাচুম্বা খাবি, আকমল, ফৈজা লোইবি চি গ্লাউ উয়িল খালবু ওয়ও হায়না মপল পলেম মমা পোকমাবিগি পলেম থৌতিক খোনবু য়াদবগী তলা উনিংথৌবু ওয়না কৌবা ইঙেন চিংগি লোকমাই খুদেং সাবা লম

তময়া হেননা পানফরমদা তলা উনিংথৌবু ওয়না লোইবি চিং ঙং-নাখিবগি। কোবো লৈচিন লানসিংননা তলা নাপুংফা পামেল সাংদম লেপ্পা উনিংথৌ নাচুম্বাবু ওয়না হৌখিবানে।

মতম অসিদা হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিবানা নহালনোং মমোম লৈমাবু মবাল খোংদোং নোংদা মমোম লোনগিদমক্ত নেমবি অরাইবাদি মুঙদাচল থামলো অচানবনা পান্দা থো না নেমবি সিং-নাং তাংদলবাবু সিংনাং মপাল ফুকনা সিংথারনই হায়বগিবু "সিংথাও" তৌনা কৌএ। সিংনাং অদুবু মপাল তৌনা সারব্রা হায়না য়েংগে হায়না লাকপাবু লমলেন চেংৈল লুরাংয়ি তাক্লা লৈরোংয়ি থৌখুবা খাইদময়ি। কমবোং নারাংয়ি লাইজা মথিনাই ইমু মঙাউ হৌরম-লবদা লাইজা ইবাল ওনদবদা লাংবল কৌজেং চো বিচানা চানা লাকা য়াদা চিক্লা লাইজা ইরাললকলে অদুবু চেংলৌ মিৎথিৎলে অদুসুং মাদোমদে।

চিবা মৈনাইতাবানা খিকলোই তাংনা য়াদা চিক্লা লাইজা ইরাললকপাবু অমরক চেংলৌ মিৎথিৎলবদা হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুনসিবানা পায়মা নিংখললে। লুংপান মপাচা ৎংথাং ময়েললু পুমনা পাউকৌরবগা পাউমেললকয়ে। লুবাং মংনাউ সিলহৈবা মুংবান মানাউ খুৎহৈবা মখোয় অনিমানা কৌবা চিঙদা কানা তল্লা উথিক্লরো। পামেল উয়েংলুরো রাকয়ৈ হিসারসে হায়না পাউমেল-লাবদা লুরাং মনাউ সিলহৈবা মুংবাল মনাউ খুৎহৈবানাচিংবা লুরাং মপাচা পুন্না হুপ্পা অরাং কৌবা লমমাহনদা লোইবি চিঙদা কানা সিংজং লেংদা থোং থাংজো খুত্তা পায়না তরা চেংজেন নমদা পো

মরাল থৌচংখিবাবু কৌবা ইঙেনচিঙগি লোকমাই অহেনবা তময়া অরেমবদা তলা মাবু লমরোকনরুরে।

লুরাং মনাউ সিলহৈবা নোংবাল মনাউ খুৎহৈবনাচিংবনা তলা উখোং খাদা থাংলেন নাফন হাইনা চংবি লংতোন থক্তা চেংজা ফাহৈনা য়েরুম কাংখিননা স্না কোনথারে। লুপা কোনগা চননা উপি উরেন পোকপি ইবোক লাইচম চন্নু পলেম মমাদা তলা মমলহল পামেল উমল হল্লে। য়োইময়াই মতাংতেন চিংগি মৈনা তময়াথেং তমগি মৈনা খোংমৈনেম লোয়য়া তমলোন মমগে তৌগুমলকলাবদা অহিং ইন্নুং খাংপোক লৈনাখল সৈই কারন য়ুংনা কৌবা য়াইরেক-সং তমখিরে। কৌবা মদাইমাদা লুরাং পুন্না ইঙেন নোংফাইরে। অস্তুন্না লুরাং কৌবা য়াইরেবপাবু অহিং ইন্নুং সোইমায়াইদা অহিং তা লৌ লৈনাথেং নোংয়াই চারুকলোনবাদা উপি উরেন পোকপি ইরোক লাইচম চন্নু ইচুম লৈমানা মাপারিনা লৈবা লমদমদা সমু মাইবু ওন্না খুনিং মোইতোনকাং খুপাক লাইখল সানা মপারি তান্না য়েংনা খোমলেন মিকপলকই।

চিংজুম লাইজা ইফুৎথোক থিংঙেল লাইজা ইনমখাইবাগুম মিৎ স্না থম্বাল লকাদা তবং লাইজা ইরা হৌ মপাবিবু য়েংনা ইঙা নোংলেন হৌবাগুম মিকপদি ইমাগি ইবুংঙো তলা উনৌরোই নংবু পলেমনা নাউয়োকলকপদি অরাং কৌবা উলেল হিবু লাংহন্দনা নাউয়োকপনি। পলেম থৌতিক খোনবু নুপিচানি হায়না নপল তাংসক্তবগিবু পলেম পাউমেল রাচানদবনা ইমাগি ইবুংঙো পান্নি

করি থোক্লবনো ? নহালনোং ইমানা পারি নংবু পামেল অচম্বা ওয়ও তলা মিংনাইবাবু পামলুগন্নু। পারি নংবু মলগানো নমু মিংয়েং পান্দমগনি হায়না ইমানা তলা উমিং স্নুনা মিংথোন্দুনা পামেল অচম্বা ওইয়ু হায়না সৈই, কুহি, ওইয়ু ময়াদে। লোইবি চিংহাউ লৈসং ওইয়ু ময়াদে।

উপল লেংদা ওইয়ু ময়াদে মিসি, থাংয়ান, উয়িল, খালগা ওইয়ু হায়বাবু তলা উমিং পুন্নমকপু হোয়য়াদবগি কোবৌ লৈচিন তেমসিংনা তলা উনিংথৌ নাচুম্বাবু ওইরবনা ইমাগি ইবুংঙো পারি করি থোক্লবনো ? হয়েং কৌবা চিংলেন নোংগাসোই। সেরাতৈনা ঙাল্লবদি তলা নংবু সিংজং কাইতোয়চন পামেল উরু তুপ্লগা লুরাং মসাইগোন ন্নুংপান মগ্নম নাক্তা হিরি থোংচিনা নারিল লোন ঔরি লিয়াই চননা তলা নংবু উচি লইঙনে। ইমাগি ইবুংঙো হা তলা চাউথোইবা নংবু হা পামেল সাংদম্বা নহাক্লা লোইবি লোক মাই উরু তুপকে হায়বগি নপল পলেম ঐগী ফৈরা তাজিন থক্তা চংবি হেনবদা তলা লানতোন থক্তা চেংজা ফাহাপ্পা য়েরুম কাংখিননা স্না কোন থাবে লুপা। কোনজললমলেদো ইবুংঙো।

ইমাগি ইবুংঙো নংনা খোংনা লাউনা তুবাবু পলেম করম্না চেংলৌ মিংথিংলসিগে। তলা নকোক তাবনা চিংঙু লাইকোকতা পামেল উতোনমৈ তাবনা খোয়য়ুম লাইমৈতানা লৈংগবা হায়বাবু ইবুংঙো পারি নংবু পলেমনা নাব্রা ইখুঙৈদগি নাউয়োকচবদি ইমাদি সিংঙেলও অরেম্বা লৈরাং অতিঙাবু ওইহৌরেদো ইবুংঙো। নংনা লুরাং মসাইকোনবু ইন্দালগ্রবদি তুরেল ব্রাইখুবিচানা মনম মথা ফাক্লা

কাইনাবগুম ইমাগা ইচাগা ঙসি কোরৌ মখৈদি পলেমগা পারি সেৎনরসি কাইনবসি হায়রবোইদো।

ইবুংঙো নংনা পলেম ইতোম থনমলগে হায়বরা? সাবল কংলৈ থক্তা কাইরৈ য়েলহিং থাবগুম পলেম ইদোম থমলমলগে হায়রবোই-দো ইবুংঙো। অস্তুম্না উপি উরেল পোকপি মমানা মপারি কৌনা তেংথারিঙৈ ইন্নুং কৌবা সোরা তৈনা ঙাল্লকলে। চিংখৈ ফিত্রূপ অস্তুম্না লংদি লৈনা লয়না হুল্লকলে ইবুংঙো। মপলগী খাঙেল নাকোই থক্তা কাইরৈ য়েনখোং তমলকলে। চেক্লা সাগন অনি তুফাং ফু ১। নরংগী য়েনদি খোংনেম্বা ২। মরিংগী য়েনবা খোং-জোম্বা ৩। খোমুনাই য়েন্দি ফৈজাউবা ৪। অঙাংবা য়েন্দি য়েল-হিং য়েন ৫। অমুবা য়েন্দি লোইমোম ফোগৌ য়েন ৬। চেংগোই মানবা য়েনদি মালেম লৈতাই য়েন ৭। লৈচিন মানবা য়েনদি কোরৌ নোংদাইয়েন কাইরৈ য়েল্লম তরেৎনা ইন্নু ঙাল্লে করম্না খংবনো? চেক্লানা কে ক্রে কে খোংদমলকলে ইবুংঙো। ইন্নুং সোরা তৈম ঙালবদা লুরাং পুন্না হৌনা তলা উখোং খাদচং সিঙজং কাইতোইচন পামেল উরু তুপ্পা ঙলা উয়াল্লবদা মপারি উনৌরোইনা লোইবি চি মাই অহেনবা তময়া পানফরমদা তলা সাংবা য়াগাতা পামেলস্থু সাংনা য়াহিপ্লবদা লুরাং পুন্না হৌনা তলা মাবু উচিংলকলে। তলা মাদি লেংঙমদে পামেল মাবু থাংঙমদে। লুরাং উসং অসৈবনা তলা মাবু উমিং থানা পামেল মাবু উবোন সরু খৌরি খোংচি নারিল লোন ঔরি লিয়াই লোন্না তলা ও নংবু সিংজং কাইতোইনচন পামেল উরুমক্তবু তুপ্পদি য়ুম্বি কাউজৌ ওয়নগে তৌবাস্থ নত্রেয়ে।

লোইবি ওকচাক খুদেং ওয়গেস্থু নত্তে। য়ুমলেন সাই ইচুম য়ানগে য়ানবাবু নত্তে। নয়ু খোয়য়ুম লাইয়িংথৌগি রাকয়ে মখুনেৎপু ওইনগে হায়বগি তলা নংবু হোইথিবনে। তলা নপাম পামনারগনো। পামেল নরম্বু নিংনাবাগনো হায়না তলা উরোন সক্লা পামেল উচিংলকপদা তলা মাবু থাংঙমদা পামেল মাবু লৈঙমদবনা হোংনেম লূরাং নিংথৌ পুন্সিবগি, সুংবাল ময়ুম নাকত। তলা মাবু সুমাং থমনা লাকং পাইবগুম তলা মদোম য়েৌথি হায়দা ইবুংঙো।

**থংবিগদবা ঃ** — উ অসি লৈপাক অসিগি ইহান হানবা হি সানবা উনি। মসিগী মমাংদা হি লৈরমদে। উদি উনিংথৌনি হি সাথিবা মফমদি খোংহামপাংকী মথা থংবা চীংয়াগী পাং : — লাই কোম পাত্তনি। হি অসি সাবদা মসাগী ওইজবা ময়েক তোপ্পা লৈ। মতুবু হি সাবা ময়েক কৌবদগী হিজময়েক হায়না লুরাং সলাইগী মুপীসিংনা ফনেক ফিবান্দা লোন্দুনা সেংনবিবা অসিনি।

হি সাবা লোইরে। হি অসি কনাবু হান্না হিকুদা তোংহনসিগে হায়না থন্নরকপদা লুরাং পুন্সিবনা হায়খি। ঐগী ইসাবী লুরাং পুতাংগোই খুৎকোইবদি লাইজা ইতাসু হৈখিদে। অদুগা ইরুম সারুম মরুম তুপ্পবু সাবা হৈতবনা তাংজা ইকায় লাননংবদগী লোই রেন খুনবীরোক্লা কোরৌ নোংনা পাম্বসা মালেন লৈনা নি নাসা, সাবন য়াংবী থক্কী সতু মনতে লৈনা ফোয়না য়াবৌ মতুপান, পাথং তুংসেৎ নামৈ য়েপ্পনা য়ারৌ মবৈ ওইনা পাথং সংগাই খুত্তা সুবনা

চিরেন তোমপোকপাবু ওয়খিরে। ইসাবিগী য়াউরৌ সিরুকং অকংববু লৈয়ে হিরু তেংমাই থক্তা ইসাবিগী তাংজা লুরেন অসিনা হাম্না ৱাকয়ে অসিবু হিতোংহনগে হায়না ৱাওইখিরে।

পুতাংগোই খুংকোইবনা নোংমা মুমিং অমদা অঙোমগী পুথিবদি য়েনপাক য়েংথ্রুং সাতুনা তুপপী। মাস্থু সাগে হায়না হোংনখি সাবা হৈত্রতুনা হননা ২ সিদোকখি। মতু উবদা মাগী মুপীনা হায়রকই। ইবুংঙো কাম্নরোই তোকপিরো হৈতনা অহৈ সাবদি য়েনপাক ওইবা য়ারোই হায়রুবদগী মাগী মুপীগী মমাংদা ইকায়তুনা মথুক্তা সুবা সংগাই অতুনা মকোক্তা য়ুংতুনা (থেৎচিন্দুনা) মচি ওইরে। সাবন্দগী সতু মানতে ফোইতুনা মসাগী মতু ওইরে। নামৈনা মমৈ ওইতুনা লাইরেন খুনবিরোক্তা নোংগাখিয়ে। পুতাংগোই খুংকোইবনা ওনখিবা সংঙাই অতুগি মমিং “সংঙাই কোনবী” কৌই।

ওনখিবা মফম অহুবু কোনবী পাৎ হায়না কম্নেংগী মৈরম থংবদা পাৎ ওইনা লৈরমই। অসিগুম্বা ময়াম্বনা ওনখিবা সংঙাই অতুগী মকোক অতুবু ৱাকয়ে হিরু তেংমাই থক্তা তোংহনখি। অতুনা হৌজিক ফাওবা নিংথৌগী হিয়াং হিরেনগী হিরুদা সকোক মচি লোংবা অসি হাপলি। মসিনা হিয়াংগী অহানবা সকতমনি।

মতুংদা খুমনগা লান তৌনবদা খুমন কাকপগী মকোক তাংজা লুরেন ককনা হিনাউদা হাপ্তুনা পুরকপদগী হিয়াংগী হিনাউদা মী মকোক হাপলিবসিনি। হি অসি ইহান হানবা কদাইদা হোললি? হায়বদা লুবাংলি তুরেন্দা হোললি, তুরেল অসিবু লমলেন চেংলৈ

তাক্লা লৈরোংয়ি থৌখুবা খাইদময়ি কম্বোং নাৱাংয়ি হায়রিবা তুরেল অসিদা হি অসি হোনবা অহানবনি।

## থরাই মি কোনবা

চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মগী হরাউ সকসেম তম থোথোক কুমৈ সাননবা অসিবু ঙসিগা থানা মুমিৎ সিংগুম ১০ (তরা)নি মুরকলে। ননাই ইপা ইচাসিং অহুম্না চিংঙু নথে খঙ্গবা খোয়য়ুম নরাল্লুপপু কার্জরকপদি অয়োন অরান চাম্মা কনবিয়ু। অরানবা চাম্মা ঙাকপিয়ু। ৱাকমা সৈরোই তান ইয়োং স দিংকক চরৈ ফিরোই তানগে হাইরকলে ইবুংঙো। নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবগী নমু হেবুংথৌ হেবেম্মাসিং পুম্নমকপু থাপনা লৈবস্ত থাপনা কোনবিয়ু। নকনা লৈবস্থ নকনা কোনবিয়ু। থরাই হামচৎনদবা মিরেল হামফোইনদবা থরাই নোংবুন অচংবাবু কুক থাদা কোলসিলমগে ৱাকমনা। হা ইবুংঙো নখুল খুনবী অচংবগী কুমসি চহি কুনজাগী তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পুম্নমক হাউরৈ থানা পাংবরমদা হোইথরনগে। অফবা মুংঙাইবা লৈপাক মরা তপ্পা নিংথৌ পুনসি মুংসাংবা চাকহোং ঙাহোংবা খুলহোং লৈহোংবা কাউরেন সনগোন থল তয়ুম নাইকোল থনবদি ইনিংলোমদা কৌরগা ইমাংলোমনা তাদবা কুরাউ ফাননা ৱাৎ নমু পো না হেনবাবু পিনবিরমউ ইবুংঙো। অসিগী মতুং থোকপদা নদাইরেম গুঙ্গং অসিগী থরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমকপু য়াইবি থরাই মাবু কোনসিললমগে ৱাকমনা।

হে থবাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক থবাই নংবু কোনগে লাউ বাকয়ৈ থক্তা কোলমগে। বাকয়ৈ হিন্নুংদা কারকলো। থবাই ঐনা য়ারকলে। নৌরেন খুত্তা পায়হুনা বাকয়ৈ হিগারকলে। থোংনাং মোংবি চিংনুংহুৎ তুংওই নাতৈনরকই। তুবৎ নাতে সমহু-না লমলেন চকপি মাংওইনৈ। খরা চৎলে হায়রগা লাইজা ইরোং ফাংবরমদা উচুক খোংফৈ য়ৈহুনা লাইজা ইথাই থিংলমই। লমলেন চকপি তুংওইনৈ। লাইজা ইথিং পনফাংলি। খরানা চৎলে হায়রগা লমলেন সুগ্নু য়ৌরকলে। থানা চাউবা বাংবরেন, লোক-নিংথৌ, স্নানহি চিংঙু অহুম্বু খুরুমজৈ। চিংঙু মানা য়াবিরে। লমলেন সুগ্নু তুংওই নাতে থমলমই। থবাই নংবু কাবসে। তাং-জেং নিংথৌ মাংওইনৈ। খরা চৎলে হায়রগা লমলেন মুংউ মাংওইনৈ। নিংথৌতা ইবেন য়ৌরকলে। মুংঙু বাকপবু খুরুমজৈ। থবাই ঐসু য়াজরে। খরা চৎলে হাইবগা লমলেন মুংউ তুংওইনৈ। চাইরেন লমদম য়ৌরকলে। খুনবু লৈনা খুনমাবি পানথোইবিবু খুরুমজৈ। লমলেন চাইবেন তুংওইনৈ। সফম লময়াই মাং ওইনৈ। খরা চৎলে হায়রগা লমলেন বাংঙু য়ৌরকলে। বাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী য়েংওই নাতৈ থমলমলে, লাইরেম্বীবু খুরুমজৈ। হে থবাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক লাইরেম্বীবু তুংওইনৈ। লমলেন ইথাই মাং-ওইনৈ। ফৌওইবীবু খুরুমজৈ। ওইওই নাতে থমলমলে। লমলেন ইথাই তুংওইনৈ। লমলেন অরোং মাংওইনৈ। কাংসোইবীবু তাললকলে। উঙামলেনবু হোললকলে। লমলেন খোরতাক য়ৌরক-লে। লমলেন খোরতাক তুংওইনৈ। লমলেন থাংগা মাংওইনৈ,

চিংনিংথৌবু খুরুমজৈ। চাইরেন লাকপা খুরুমজৈ, নোংদোল লৈমা খুরুমজৈ। চিংঙু থাংজিং খুরুমজৈ। নোংসাববু খুরুমজৈ, ওই-ওই নাতে থমলমগে। লমলেন লোক্তাক ইসা মাপল ফাংববু রাইর হুইনা য়েৎহুনা খোংফৈ উচুক য়ুংহুনা ইসা নিপাল থিংলমগে। নম্বুল লাকপা ইভাইরম থরাই নং কারসে। ইসা নিপাল পন-ফাৎলে। খরা চৎলে হায়রগা নম্বুল তুরেন ইন্দুনা রাকয়ে হিবু হোললমগে। তুবং নাতৈ তমতুনা লৌরেম্বম লমদম ওইওই-নৈ। সামুরৌ লাকপা য়েৎওইনৈ। পুথ্রম্বম য়ৌরকপা সনজেনবম্বু তুংওইন লমলেন ছিয়াপাং য়ৌরক্লে। লাইরেম্বীবু খুরুম-জৈ। হৈবোক লৈমা য়েৎওইনৈ। থোংলেন তাইবি লাংথবান য়েৎওই নাতৈ থগলমই। হৈরাং খোইবা লমজুংসি পিস্থম লৈমা য়েৎওইনৈ। চিঙা লৈমা তুংওইনৈ। মাইয়োকনা শিদেন মাংওইনৈ। লমলেন খারমপন য়ৌনবগে। কৈথেল লাইরেম্বীবু খুরুমজৈ। কংলা য়েৎওই নাতৈনা নাং তুরেল ইথাপম নাচং খোংফৈ চন্দুনা লাইজা ইথিলম্বাবু লাইজা ইফাংলমলেদা। হে থরাই মঙামক নিগা থান। তরুকমক রাকয় হিহোন তনলেদা চিংঙু কাংলৈ মস্তুমাং লৈতোং তাংঙা য়ৌনবা চিঙু হিদেন তাকমদি মৌবি পোপতেক খরা থক চিংইৈ সম্বাল লাংলগা ইক শানদেংজরগা চিংঙু কংলৈ নস্তুমাং লাইবৌ লারোন লাথা থক্তা থরাই নংবু কোল-লমগে।

**থংবিগদবা :** — অসি হায়হুনা থরাই মি কোনগনি। মসি পেনানা থরাইমি কোনবগী লাইরোননি।

# লৈ খোম্বা

লাই হরাউবা লোইরগা মতুং নোংমা কোনবদা মুক্না সান্নরগা অতুগী মথংদা হুম্নি কোনবা মঙানি কোনবা তরেৎনি কোনবা অসি-গুম্বা তুমা সুদবা মুমিৎসিংদা তিনচা লাইচাম্থ ফবা মুমিত্তা মাইবীনা লৈ খোমগনি। লৈ খোম্বা হায়বসি লাইরোই মুমিৎকী নোংঙাল-লমদাইদা লাই নোঙ্গারবা মতুংদা লাই তেথদুনা পোৎসি পোৎ-লোইবা লোইবগা মাইবীনা অনৌবা লৈহুন লাই অতুগী হুনফম থোকপা লৈপোপ মসীং কায়দনা লা অমদা সেমদুনা থমলগা লাইগী তাংবল অতুদা ফিদা ফি অমদা তিংনা থাগনি। ফিদা অতুগী মথক্তা ফমদেংলম্বা লাইসিং অতুগী মপাদা ফৈজোম অমা, লাইরেম্বীগী ফম-ফমদা ফনেক অমা তন্নুম থারগা হুনফম থোকপা লৈহুনসিং অদু নিংথিনা মাইবীনা হুনগনি। অসুম্না হুল্লম্বা লৈসিং অদু অসোয় অঙাম লৈত্রা হায়না ৩নি, ৫নি, ৭নি, সুবদা লৈকায়গী লাইগী থৌ পখা নত্রগা লাই সেল্লুংবা কৈরুংবনা লাইখোং হাংদোক্লুনা মাইবীগা লোইনদুনা য়েংগনি। লাইরোই মুমিত্তা হুল্লম্বা লৈসিং অতুগী অসোয় অঙাম সেমজিল্লনগনি। অনৌবা লাইথু মপোপনা লৈহুন সেমগনি। অতুগা হরাউরিঙৈ মনুংদগী লাইরোই ফাওবদা লাইদা কৎথিবা লৈ অমনবানচিংবা খোংনা সোকপদা ফৎলোইদবা লৈমন লাইনুংদা চাইদুনা লৈহৌবা অদু নিংথিনা থোমজিন্দু লাইনুংদা নত্রগা মপান্দা কোম অমা তৌদুনা লৈমনসিং অদু ফুমজিন্দুনা লোইসিন ৭নি। মতুদা মাইবীনা সরিক পায়দুনা পুখম অমদা লাতোন অমা থারগা লফোই লফাং, কবোক অথুম অহাওনচিংবা হাপ্লগা হরাউথ্রিবা লাই অতুদা কংকনি।

## লৈ খোম্বগী লাইরোল

হে গুরু চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মাগী কুমসি চহীদা নদাইরেমসিংনা ইবুংঙো ইবেম্মাগী হুমিং সিংবুম ৭। ১১ (হরাউথিবা হুমিং মসিং অতু হায়রগা) হরাউ সকসেম তমজখিবদা চিংঙু লাইরোয় তান্দুনা কোরৌ নোঙ্গাথ্রবা মতুংদা নদাইবেম খুঙ্গং অসিদা তিনমু লাইমু ফত্তবনা তিনয়েংনতুনা নমু মীবমলেন্দা মীয়েংনতুনা চিংখ নানথতুনা লৈহৌবা পুন্নমকপু মফম মফমদা হলহনবিখ্রো। কুমসি চহি কুমজা অসি চিংঙু থৌদোল লোমলে সিংঙেল লৈ খোমলে। লৈবাং লৈকোনসল্লে হায়না চিংঙু নয়াথংনা নোংলেম খানা পাংববদা তিনমু লাইমু চিংখ নানথা পুন্নমকপু হোইথবিবমউ। খুঞ্জাও লৈচাওনা ওল্লকপা চহি কুমজাদা চিংঙু নথৌ খঙববু পিনবিবমউ।

(অসি হায়তুনা হৈ লৈ কবোক অথুম অহাউ কংলগা লৈকায়না ফংগনি। অসুম্না মাইবীনা লৈ খোম্বা হায়বা থৌনি অসি তৌই)।



## অয়িবগী ফোংলবা লাইরিকশিং ঃ—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ফিদম শৈরেং | ... | মমল | লুপা | ৫·০০ |
| ২। | লোয়য়ম্বা শিনয়েন | | ,, | ,, | ৫·০০ |
| ৩। | মণিপুরী কলাকার | ১বা | ,, | ,, | ১০·০০ |
| ৪। | ,, ,, | ২বা | ,, | ,, | ১০·০০ |
| ৫। | ,, ,, | ৩বা | ,, | ,, | ১০·০০ |
| ৬। | অরোং নন্দ কুমার | | ,, | ,, | ১০·০০ |

৭। শক্লাইবশিংগী পূন্সি ৱারী প্রেস্তা।